# উমং লাই খুন্দা

ওল মনিপুর উমংলাই হরাউবা
কমিটিগী থা ৩/৩ গী উমং
লাই অময়ুং মৈতৈ
ইনাংকী ওইবা
চেকোঙ




সম্পাদক :—

খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ
'পণ্ডিত' 'কেলো'



মশীঙ
২৩/২৪

মার্চ/জুন
১৯৮৬ ইং
Regd. No. D/C(C) 10/60/J/78

## সম্পাদক মণ্ডল



---

## য়াওফম তাকপা

# উম্মংলাই খুন্দা

## য়েনলোন

(হয়ুগী মথা)

ইথোকচবা—হুম্মাগচা বুধিচন্দ্র

### (৪২) পেরুক

চীংপী লৈম' হাওখোমপা চম্মুনা ওইখিবা য়েন। কেকে মোইরাং লৈম। চেকখুয়ামপী থেংঙাই ফাপী মযেন খঙ, লাবায় হাতাংসাং, মপান শীমৌ লংসুং মাম্মপা সংলো হিংনা থংপাক্লেম। অয়াঙ কাংজুম্ব কাং-তাকাও তেযাঙ; লুখম রাংপা লাইপক তালপা, হৈতো নীংথম খমপা মোংখা শমতিন চিনপা, নীংনা কৌপম মাঙনা চোনপনা। কৌপা ঈবোঙ থোংবী লমকাংহৌনা থাকপা লমকাবকপতা। তুবেল লাংথেপুঙ, কাম্মা চোংনা, অঙৌপা লৌকংতা কংতা লৌরেলপা লমজেল চাপপী-কোনতা লমকাথাংনা, চীংপী লৈমা হাওখোমপা চম্মুনা ওইখিপাক্লেন। কেকে মোইরাংলৈমা লৈমাচেক খুবামপী ময়েনখঙ; লাবাই হাতাংসাংপু য়েল্লাঙ কামনাবায় সংলৌ হিংনা থংনা, অয়াঙ লমকাথাংনয়ে। অতু-নোংকিপু অথাঙ কংমুস্ত পেরুক শমতোংয়াঙ চাকহেনয়েনও তৌম্মা কৌএ। শংতা কাওন্তৌয়াঙ চরুক্রেন য়েন. চীংপী লৈমা ময়েনখঙ, লাবাই হাতাংসাং সংলৌ হিংনা থংপা য়েম্মা। অঙৌপা লৌকংতা-কংতা লৌ-রেলপাতা; য়েল্লাঙ মখীচং পেরুক মও লামলে। অতুস্থং অতোমতে।

### (৪৩) শারীয়েন

থোয়নৌ নোংপানলোন কোরৌ খোংচোম্পী মোইকয়লোন মতা তরুকমক্কা। কোরৌ নোংকাওৈ চীংউ পন্নতালঙৈতা। কোরৌ হুমীং

মত্তানিপু চীংপু নোংপু থংনা ভাইস্থমগএ। অতু নোংকিপু "থংকান চীং-সাং খুনলেলও তৌনা কৌয়ে।" থংকান চীংসাং অচৎপুত্তা রোঙ-পায়েন। চীংসোং নিনতুমনিনতামপা তাল্লোয় মকমপী অপুং মচন থেমপী সংলৌ মথুৎথা, য়েল্লাঙ মনাওয়োক; মনা ফিকে লমথাং মানপা, মহৈ ভাঙনা মুনপা, কোয়ৌ নোংশামৈ মাংকোল মনোংসাতা লাংচয়েন। কৈসামা য়েনলুফৌ, চিরু অভাঙপা চৈরৈ ফি হাইঙমতপা য়েন। অপুং মচন থেমপী ময়েনখঙ, য়েল্লাঙ শাহ্নীয়েম্না, চীংসোং অতৎপুত্তা য়েল্লাঙ মপান ফারে, সংলৌ মরোং থাইরে। অতুস্নুং মতোমতে।

## (৪৪) ঈসং

লমলেল লিনতু লৌকোংপাৎ কোংপা ভাচৈথেল। হৈরেম কাং-হৈম্ন লেমলৈ ভানাপামপী কোংপা ভাচৈথেলতা রোঙপা য়েন, লাইচা ঈরোম্নংতা পানপা য়েন। সংলৌ লীচৎপা মালেম লৈমায় তাপায়েন লাইচ ঈরোন ফাওনা মতোম সংনা নৌপা য়েন। "ঈসং" লৈমায় তাপা য়েম্না। লমলেন লিনতু লৌকোংপাৎতা ঈসং মপান ফারে, য়েল্লাঙ সংনা নৌরে। অতুস্নুং মতোমতে।

## (৪৫) থাঙতুপ

থাঙরায় লৌতাংথম লীরাপোক, লোইমেম ফৌওইপী থাঙরায় নমম্নায়চীং; থংকান অয়মপা মৈহনচীং, মরাম খোঙয়ামপা লানতাচীং, তাংথম লীরাপোক্কা রোঙপা য়েন। মমা পীশিন থৌয়ামপী-চা। মিংথৌ কাংলিৎপনা ওইখিপা য়েন। মহক শাফু শাতানপা কোংয়াং লাইরা মানপা তাংনা তেনপা, মনা লাংপন ফৌতু মানপা। খুলপী লৌ-থাঙতুপ চামেন মানপা, মহৈ শরী চোমচাও মানপা য়েম্না। মরাম খোঙয়ামপা লানতাচীং তাংথম লীরাপোক্কা, থাঙতুপ মত্ত চাওরে, য়েল্লাঙ চুমনা পালে। অতুস্নুং মতোমতে।

## (৪৬) য়াঙ্গপল

অৱাং থাঙবাই ঈসাইখা নেপা লৌসনলান ৱাইগ্নিচীং চীংমানতা ৱোঙপা য়েন। হৈতৌতোনকা শাকাপয়েন। লুৱাং পুরেল হুমানপনা শেল্লোয় শেলথিনোং লংমাই পাইথিমোংতা। লাংপন খোইনীং ছকা তৈনা, য়াইখু-পানভথোং শেল্লোয় হুংখোংপী য়াইকাপয়েন, লংমাই হুঙলাওপী য়াইতম য়েন, লুৱাং পুয়েং হুমানপা ময়েমখঙ, হৈতৌ তোলপা শাকাপ য়েন্না। ৱাইরি অচনপতা মালেম লৈকাওরক্লে য়াইপন মপান কারে। অতুম্নং মতোমতে।

## (৪৭) লোক্লৈ-পুম্লৈ

লিংলিং লমমরু ঈকৌ লমনামুং ইসোই লম্মহন, ঈথোইলোক ঈহাংলাতা পানপা য়েন। থিংলৌ ওকয়াতাংনা ওক্লেল নমলী লোক্ত-রিঙৈ, লোকলৈ সিরাইতুনা চাক্তায়েন। থিংলৌ খুচুম কেনতনা পুনলৈ য়াথংশেংনা চাকখোকয়েন। লোকথাই থিপা, পুম্লৈ শাথিপা য়েন। ঈরেম তোপী মরু অপাংসল্লোইপা ভম্নুম নাইচালাকপনা। য়াওরোক শাসেম য়েন। মৈতিংঙু শেলপী কিয়ামপাপু খেমথা য়োইথোন য়েন। লোক্লৈ নাপোপ্পনা চাওনা য়েন। পুম্লৈ নাওক য়েন্না। লম্লেল ঈথোইলোক ঈহাঙ-লমতা ; য়েল্লাঙ মপান কারে। অতুম্নং মতোমতে।

## (৪৮) উচিনা-কাংলায়েন

লিনৱায় ঈ মরু ফাংলৌ লাইমাকোন, মিয়াপোংথোকলম, লম-লেল কোনপিয়া ঔরি শামৈথাং, লিনৱায় খাংপোক কাকলেংসি নাম-সংকোনতা পানপা। সনথোঙ তাইমায়েন অখোম শীংউং য়েন। সংলৌ ৱানসাপক ৱাংকন অকনপা। য়োইহৈতোন তাওথিংমং সংলৌ ময়েনখঙ। ভাংকোংচৈশৌতা য়েল্লাঙ খুংথাঙতপা, নোইমু থুমকায়াইপা য়েন। সংলৌ উচিনা, তেকতেকপান, য়েল্লাঙ ৱানসাপক য়াংকন অকনপা সংলৌ কংলায়েনকা য়েল্লাঙ উচিনাকা লিনৱায় ঈ মরুতা। য়েল্লাঙ মনা লেক্লে, সংলৌ চানীংকং পায়েন নাপুলোক্লে। অতুম্নং মতোমতে।

## (৪৯) (য়েনশক খঙত্রে)

কৌপা লমকাইলাই লাইকা লমতাইথেং উরেব নাওশোংপাং, অথোক লমহনতা পানপা য়েন। মথোক চায়াই চমফেন মানপা, মনা য়াংলৈ তাওপা হুইরে মানপা; (১) য়েরাঙ নাক্তেমতি সংনা ফপা য়েন। (২) মধলো নাক্তে-মতি য়েরাঙ কুরোক থোকপা য়েন্না। লাইকা লমতাইথোংতা য়েরাঙ মপান কারে। অতুস্নুং মতোমতে।

## (৫০) (য়েনশক খঙত্রে)

মৈতিংঙু নাওথিংথোং মতাঙ ভমপপু, মোংয়ায় খুমন লৈমা রাওম-লোন থোংতাইথোং মকুমলা। নোংয়ায় শাফুতাইরোংমনপু, লেপ্পা মুন্না কুসাপতা। পাক্লোর শাইতে হায়না য়াংম্নু ভুংথাংনা থাঙকোয় য়াংনম-শেন, থোক্লাং লেংতো থোং পাইখু লেংহান্না শাচেনপা কুমপু, লমতা কুমওনপতা। লয়েল মকোইফোং নাঙাং শায়োন হু; চকমোম থাবলী মৈপোক থোকপা কুমতা। হাওসি মতাংকা; মানসং মনা লেকপকী তরা চামাঙয়েন। সংলৌ য়েনমাঙ য়েন্না, মানসং মনা লেকলে। অতুস্নুং মতোমতে।

## (৫১) লায়াই খারাপোন

রাওমলোন মুতু চম্নু শয়াংথেমলৈমা কাপুখোমপী লাল্লোয় শীংচা-পৈতা যোঙপা য়েন। মনা য়াংলৈ তাওপা হুইনা মানপা য়েন্না, সংলৌ মনা লেক্লে। "লাবাই খরোপোন্না" সংলৌ মতাং কারে। অতুস্নুং মতোমতে।

## (৫২) তীলহৌ-চনম

লমলেল ফেনপারাপারা অচনপতা যোঙপা য়েন। মালেম লৈচানম

---

(১) মনা লাকন অনন্না শমো কজন্না।

(২) মনা লাকন অন্না তৌরকনা মতু চোম্না।

চানম লুচাওপী চানা লমলেল কেনপারাপারা অচনপতা সংলৌ মপান ফা চানম মরু চাওরে। ভীলহৌ মনা লেক্লে। অতুম্মুং মতোমতে।

## (৫৩) য়েনশীন

য়োইপু থাঙতা থায়োইরোন চাতা পোংলেল খোমপী হুয়েন সনাবেঙ ফাপী, কোনলোইসিল্লালপুঙতা চীংশেং নিংথৌয়েনপু, লৈমু শেংতাকপুঙতা বোঙপা য়েন। তাওচিং হৈরোমনাই, মরী শিম্লৌ লংচা মানপা, মনা চোইনৌ সনা লৈত্রেং মানপা য়েন। ভামুরোন খুলয়ারচেনপী লুবাং লৈমা নাওখোং কাইপীনা লেমলৈ তীংলিকেল, বানচেং মুচা নমলপপু, য়ুবান রাতোনথক্তা পুম্মুং লাংহৈ য়েন। হোংনেম লুবাংনিংথৌ পুনসিবা সংলৌ ময়েনখঙ, তাওচিং হৈরোয়নাইনা ; চীংশোং নিংথৌ লাংয়েনপু ফানপুঙতা। সংলৌ মরীচৎ য়েল্লাঙ মপান ফা য়েনশীন মতা লামলে। অতুম্মুং মতোমতে।

## (৫৪) মাইরেন

কংলৈ মতাইমা য়াওরৈ লৈয়াথি খুলকাম নৈনামুং, ঈরেম নাওসংখুনা তাওতল শাংনপুঙ। শেকমু নাওসংকায়না মোইতং ফুয়নপুঙনে। কংলৈ মুমখোঙপান য়াওরৈ লৈয়াথিতা বোঙপা য়েন। য়াওরৈ চিথিয়েন, খুলকাম নাওথিয়েন। অশাংপম রাচাওয়েন, সংলৈ য়েনসিপোৎ য়েনমাইরেল, খামীৎচোন খামাইরেননা ; লপলী কৌসাংইন, ফক্লাং লোনচাম চং ; উরা হুম্পারোয় চানা ঈরু মতাইকাঙ, পাক্লু ঈতাইথ মুমচিনচাক নারেংথক্তা নায়েয়েন। মনা তরেৎ শেলকোয় মানপা মহৈ পুইখাকোয় মানপা য়েন। সংলৈ য়েনসিপোৎ য়েনমাইরেল নোংপান অরামপমপা ময়েন খঙনা ; য়েল্লাঙ মরী চৎলে। অতুম্মুং মতোমতে।

## (৫৫) কাংখিল

খুলপী লোনলুমকাং, লৈম্মুং চীংখোঙ পোইরৈতোম্না মালেম

খুলফাওলী, চীংসাং কাংলীনাই। নোংয়ায় অমু কাংবোইপনা মোংপা খুল্লম ইনপতা, লাইচা ঈন্নুং হকপকী ঈমু খুপুনচোংপকী লমওক্লরে। লাইচা ঈতারপপু চীংসাং কাংলী পায়না য়োইওইরকএ নোংয়ায় অমু কাঙ-ওইপা য়োইওইলী, মোংপা খুললমকাং, চীংসাং কাংলীসাং, মৈতিংঙু লোইভোংপা পাওতোয়কাং, মাপুম শেল্লোয় লংমাইকাং, চীংসাং অনি নানমকাং, ঈলোক অনি পাফনকাং, ফেনতিসোনচাকাং, পাংথং চায়ন-কাং, মোইনা তামূলকাং, খাপী লেংনাওমোমপীনা চরৈ লেংতোম য়াম্না লৈকাই হেল্লোয় চঙৈতা; চরৈ ফিকাওসানা মতা খুলপোই কাং। ঈলোক পাকল কাং চীংসাং কাংলীসাংনা সংলো মরী চংলে; য়েল্লাঙ চাশীং ফংলে। অতুস্নুং মতোমতে।

## (৫৬) শোক্রী

লমলেল কংলৈ খুলতোনপান, ব়াংখৈরাকপা মীমেয়পা পুঙলেল মখুংফা। হুয়েল লাম্নিকিতি—কেকে মোইরাং শেকমু অরাপা কাইপী লনকনয়াঙপু; লৈম সেংতাকপুঙতা পুঙলেল মপান কোয়না ব়োঙপা য়েন। শোকুরি নারোংপা থোঙনাঙ মানভৌরীপা সংলো মখুৎথা; য়েল্লাঙ মনাওয়োক্লা সংলো মনা লেক্লে। কংলৈ খুনতোনপানতা য়েল্লাঙ চাশীং ফারে। অতুস্নুং মতোমতে।

## (৫৭) বেকে

খাপা নোংচেংথক অশৈ তেরান ৈচত ব়ায়। চাঙপা মেনলৈ-পনা লীরি থামোইতিং লকা তেনমৈলাক্লা ব়ায়রা তেনথালম। খাপা নোংচেংপকা মপারি সংকাই তেনহনপকা, নমোম কাংকম ঈচূমপীকা মখোয় অহুম্মনা ফুঙকা লোকচুমওই, খমকোই কারোং ওইনা ব়োংমন ব়ায়। খাপা নোংচেংথক কংলৈ ঈচীনফৈতা ব়োঙপা য়েন। নোংপান অরাম পমপা অহোঙ য়েইথোনয়েন। মনা চাংচো খুৎফাং ব়ানপা,

মহে অচুমপপু ; নোংপান আরাম পামপনা লংস্থ খোঙকাভিংনা থাপা লীক্লেংতৈ, লীক্লাং পরেংসা, লাকা তোইতুপচয়া লীক্লাংবায় মণ্ডাতি অহোঙ য়োইথোয়া পুন্থং লুময়ায়না থেরেলাফায়া কংলৈ তেকসোয়রে। নোংপান অরাম পামপা অহোঙ য়োইথোনয়েন। কেকে নারোঙপানা থাপা নোংচেংথক্তা মনা চাংচো খুৎফাং মাল্লক্লে। অতুস্থং মতোমতে।

## (৫৮) হংকাম

লমলেল কংলৈ মাতাইমা বাংখৈলাকপা মীমোমপনা ; মুবাকৈমান অথৌপপু অহোঙ য়ুনৈনপালমতা পানপা য়েন। য়েল্লাঙ মপানতাতি শিয়ৌ মেনতং মানপা সংলৌ হিংনা থংপা য়েন। সারিকোনকা য়েন্না কংলৈ লম্মহনভা সংলৌ মপান ফারে ; মতোন পেরেসানা "হংকাম" মনা লেক্লে। অতুস্থং মতোমতে।

## (৫৯) * (য়েনশফ তাক্লে)

লমলেল চেংলৈ লম্মন হৈচাং মেননমপোক। অবা লানলূফৌ, মুনু নৈমা সনা পুপী নৈমু শেংতাকপুঙ। চীংলেল তোংতাই নিংথৌ চনু চেংলৈ মনুমাঙতা রোঙপা রোঙপা য়েন। মনা কাইরৈ য়েনপোন মানপা, মপান পরোঙ য়াথিন মানপা মতোন লুফানীকপা য়েন্না। চেংলৈ লম্মহন চীংলেল নোংতাই নিংথৌ মনুমাঙতা। সংলৌ মনালেক য়েল্লাঙ মনম চাওরে। অতুস্থং মতোমতে।

## (৬০) পানথোক

লমলেল খুরোয়পা ঈয়াফাক, মানলৈপা হনচিনকোন, খুয়োন তেনম্নম, য়াইথিং কাপনবায়, শোঙলেল হানরক নামপা চুঙশেনকোন, শোঙলেল পানখোকপোক ঈহহা শোয়রেল ফুমপীথক্তা রোঙপা য়েন। খোংপান চিথেক লাতারেং চামলৌ লাতাংকোয় নমঙোপা। কেকে

---

* হৈচাং ওইবা য়াই।

মামলা তোমতাওলা, নোংচুপ হাওরেংকোইপী মলালিং, হাওগু সোম-লোইবাওপী মপুংথা। চামলো লাতারেং হল্লিংসংখোংনামপী খোয়া পেতুসাংনা ঈমু খয়োমললা; চীংউ নোংথো শর রেলতা ঈকংলা। মাওবা তৌকান হৌনলা, ঈমু খয়োম সানয়েম। চীংলেল মমাক থোংপা প্লামেন উমৈতুপ নাক্লাং শায়োন হুপা, পুচেং কোকপালো লাং-চেং খোনপালো পানফুক পানফোই লৌতা রোঙপ: য়েন। তাংখুল পানপী নীংপাকপা, খোংপান চিথেক লাতালেং। চামলো নমঙৌপা শোঙলেল পানখোকপোক ঈহহাতা। পানপী মকাচাও, চামলো মপাম ফারে। অতুস্নুং মতোমতে।

## (৬১) খোংতুম (খোং ক্রম)

লমলেল খুরোয় লৌশোয়রেল শোয়রেলচাপী লোকও কৌপতি— খোয়মোম লায়িংথো হংকেল লোংনা থাপা মপারী; কুপাতেঙাঙপা, লৌনং য়ায়মপা, শীংনং অতোনপকা; খোমলাং চামায়ান মায়রং চামায়াননা তরা চাপু চীংপুঙপে। রাংলৈ য়ুপু লৌখোংতৌনা হোঙ-নেমঙে। তরা চনাঙম রাংলৈ য়ুনাঙম, হাওতে কোক্তা কারপকী শমু মথুৎতোনপু লোয়রে। খুরোয় লৌশোয়রেল, শোয়রেল চাকপী-লোকও তৌনা কৌএ। খুরোয় লৌশোয়রেলতা খোমলাং চামায়ান, মায়রং চামায়াননা হোঙনেম য়েন। কোপলোঙ লীচংপা খোমলাং লী-নাইপা; নোংয়ায় কোংপুহনবা ঙাইখোং খুলঙমখোম। হুয়েন য়াইখোম্পা শরীকতো অথৌপা ফানখোম; খোমলাং য়ায়তাশীনপা, কোকনা খুমপা, নীংনা থাপা খুরোয় লম্মহনতা হোঙনেম য়েন। মপান লুপা পেরে মানপা য়েন্না। কোপলোঙ মরী চংলে, খোমতুম চাওনা য়াল্লে। অতুস্নুং মতোমতে।

## (৬২) রোকক্র

লমলেল মাতাইমা থৌপাল লাইচ ঈরুপা খুমন কচেংলেথোপালা,

ঙানপা তুচোংবায়। খোইমোম থাপী লেংনাও মোমপী য়েনপোং হি-নোইয়েন। মশাপী নোংপোক মালং হুমওইপা লংমাই নিংথৌ কাইনৌ আরুবা পানপা কৈসা ঈ। থৌপাল কৈমায়পান, চাইপা অচৌপা ঈরানফম। চাইপা অপিশা মহিংথেলতা পানপা য়েন। তেকপী ওক-লাকোনতা বোঙপা য়েন। তুরেল চঙলৈঙোইনা খোঙসোময়েন। মা-লেম লৈফানীক্লা পানপা য়েল্লাঙ নাকুপপা। মপাল লেমলৈ ঙারুম মানপা,, সংলৌ মমিংথোংস্নুং তেকপী ওক্মিংনাইপা। সংলৌ বোকক্র য়েন্না, থৌপান লাইচা অরুপতা ; মালেম লৈফা নীক্রে, বোকক্র মপান ফারে। অতুস্নুং মতোমতে।

## (৬৩) খোইতিং

লমলেল মতাইমা লয়োই কৌপা ঈ মরু, নোংফাও চীংনুথুম, খোইনৌ নোংপান চম্নু মতা তরুকমনা কোরৌ নোংকালম। লীক্লাই পুঙফাংপুঙ মরমথৈ। মারেম তৌকাই অঙাইপা মচীংসাংপু নাতেননা লোইপী কোয়রেং মপুঙওয়ায়তা পানপ য়েন। সংলৌ মনা য়াংপা, মপাল হুইক্র তুতানপা মহৈ লেমলৈ ঙারুম মানপা। কোয়রেংনুপী হাও-খোইতিং, খোইতিং অকুপপা চকমোম মৈরায়েন. শেকচপ থাওস্নুময়েন। চৈরৈ নোংচুময়েন. য়ুরান বাতোন থঙ্গা পুন্নুং লাংহৈ য়েন। কোরৌ ললসা য়েন বাংপন পাওকায়েন। পোইরৈ কাওপী সনলোইপা তয়ুম নাইসিপনা থোংপা য়েন। মরান অতোন তাপানা চাতয়েন। কোয়রেং হাওথোইতিংনা লোইপী পোংতমপু, খোইতিং শুমখোঙ থম্না বাংকোন পুকৈ কারক্রে। অতুস্নুং মতোমতে।

## (৬৪) হরাইথাঙপাক

লমলেল চেংলৈ বাংকোনলেল, থারাংপা পুরুমশঙ, অথৌপা মু-কাপশঙ, চাথা য়োংখুন খুলঙমশঙ, থাঙস মোইকাই ফানশঙ, আতে

খাপূকচা বাংকোন লাইন্নুরা হোঙনসঙনে। বাংকোন পুকৈরেল চেংলৈ লম্মহনতা বৌঙপা য়েন। খোইমোম লাইযিংনৌ থাঙবায় মারহনপা চীংউ বোংচা চীংমাপা সংলৌ মখুংথা। যেন্নঙ মনাওযোক শামুতোন অয়াঙপা থারোঙ য়েন, কেংলৌতোন লৌথীপা বাচাও যেন। পুন্নুং লীচংপা থাঙপাক লীনাই য়েন, অয়াঙ চারাগোয। লেমখোং পাখঙপনা তরা চাহেন যেন। মৈতিংঙ হোঙনেম য়োইখুনচ ও লূকযি শেন্নোয়নাই অতাইচিরাংনোংতা চাতা লাইহুইতে কয়কা মতোন গোগে, তেলোঙপা শীতোক্লপতা, মতাইথেম পুখন মতে নলোম, নোংথোন তেমখাঙ লোম্না তরা চামং যেন। থঙপাক লীনাও যেগ্না চেটৈল বাংকোন মরৈকাই ইংখোল ফৈরোয থক্ত, পুন্নুং মবী চংগে থঙপাক মরোং খাইরে। অতুম্নুং মতোমতে।

## (৬৫) চংপী মফু

চীংখোঙ পোইরৈতোন থুনথোকলা, পোইনাওতানা খুল্লিংলু থংনুং লানচেনলা, তাকাই থনথোকলা, কৌপা মুংচেংলা, চীপন লাংবোনলা, থাঙবায় মুচেংলা, পোইরৈ থেনলাংলা, বাঙম পেংথোল্লা, কৈহে নাওকনলা, কৈপরোনপুচম্নু তোইপি শোয়পায় লানথেমপীনা, খোয়নৌ ঈতা খোইনাই ওমপুচম্নুও। থোঙনাঙ চীংতা পানপা লাপু লৈএ। থোঙনাঙ মানলৈচীং, লিনতু য়াঙতেকচীং, মেনতে নিংথৌ সন্নাপা কৈরেলখা, মেনতোং কুঙকায়পোক, হাওন্নু লাঙৌপী লাঙৌপা খংথোম্নু লোক্তা পানপা লাপু, চামলৌ লাচেনসে হায়না পাওমেন্নঙে। হায়ন্নু তেরা লৌথীপী য়িন্নাক পাওতাপীনা না তারপকী; থোঙনঙ চীংতা পানপা লাতি কতৌনকপনো। কেকে ঙাইতে লৌকোন্নুং থমপাল নোংসালৌ, চেকাই লৈয়াথো, ওইনম খুৎপীপোক্তা পানপা লাপু চামলৌ লাচেনসে হায়না; চামলৌ লাতমঙ্গোলায়, পুন্নুং লাপান ফুঙ্গা

লাচেনরকপপু ; কেকে মমাইপা থমপা পুখন্নাও মায়মু খোইচেন্নাও লেলখাঙ অরাংপা চিনপা ভাঁনোয় সেরনপা ফানা ; ঈমোম য়োইপু নাই কেকে চম্নুরা ম্নুরা সৱা তোংপীসিংও ! অমুম কেকে থেরাংলা মোইরাং পোংথো লাপু, করিকী চামলো লাপান ফুক্লা লাচেন্নরকপনো হায়না ; কাইরৈ য়েনহাইচেন্না য়িমলক নাইফারে, পানম সনতাল্লক্লে। তোইপী সোয়পাই লানথেমপীনা পাওমেল্লকএ। ঈতু নিংথো থমপা পুখম্নাও ও ! কেকে ভাইতে লৌকোম্নুং, মোইরাং থমপান নোংসা লৌতা পানপা লাতি ; কেকে লমতি থাপএ মোইরাং লমতি তামএ। অতু নোংকীপু অমুম কেকে থোয়রীলৈমা কৈথেল্লেল, হৈল্লেম ৱায়রপী ৱায়রপা কাপাক লানথৌয়াঙ ফানপুঙতা ; চামলো লারিংকে হায়পকিপু, পুন্নুং লাপান ফুক চামলো লাশম ফোয়রকও হায়না লাচেন্নখনে। কেকে মীরায়রা, মোইৱাং মীচুথাপনা ; চামলো লাখোক য়ান, পুন্নুং লারাক শেংনা য়াম্নম্নো হায়না পাওমেন খোনকী ; মতু নিংথো থমপা পুখম্নাওনা ; লৈকাই ফিমু তাইচিংনা য়িমলক নাইফাপপু হমনৱায়পীথিএ। কেকে থোয়রী কৈথেল্লেলতা পানপা লা। কৌপরোনপু চম্নু তোইপী সোইপাই লানথেমপী মরিং লা ; থোঙনাই ৱোমপুচম্নু মথুংথা। লাইরেন মৈতিংঙু পোইরৈ খুনচাওপনা মুঙকৌন খুলঙম লা, চীংপান লাংপান লা, নোংথৌরেল ভূপী চরাইলোংপনা মুঙতেক খুলঙম লা। হুয়েল মুঙকারেং ফানা লা ; থোঙনাঙ ময়াংঙমপা তখেল খুলঙম লা। হুয়েল মুঙকারেং ফান লা। কুপা থোঙতোং লা, থোঙনাঙ কুম্বায় ঈ খোঙতোং লা। চীংপন লাংওন লা। চামলো লরুং কুইপা, পুন্নুং লাফৈ পাকপা ; থোয়মা লা ঈ থোংতপা, চামলো লায়ায় চামতপা ; অহোঙ পুঙফা লা, থেরে লাফান লা ; পোইরৈ থেরাং লা, ৱাঙমু পোংথো লা, অতাই চিরাং লা, কুপুই থাংকান মুচীংসাংত্তা ৱোঙপা লা, পুন্নুং "চংপী লফু লানা" লোইপী চীংমায় হেনলে ; চংপী লাপান ফারে থরো কোম্না য়াল্লে। অতুম্নু মতোমতে।

## (৬৬) * সনখোঙ তাইময়েন

থাংচীং লাইমক অচিপা সনা মখোঙখাতা বেঙপা য়েন। অখোম শীংউৎয়েন, ইমুবা চীংখোঙ পোইরৈতোন খূলথিয়েন। সনখোঙ তাই-ময়েনপু. য়েল্লাঙ মপান কারে, কুমশীং য়েনথম্না নমু মীয়াম পাক্লে হায়রতপরা। হে লীক্লাইও।

---

# থাঙ চীঙোইরোল

ইথোকচবা—খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ

তাইবংপানবা মপু লাইনিংথৌ শিদববু ইখুৎ ১০ মক লোম্নহ্না খুরুমজনা ইজগে। অসোই অঙাম ঙাকপীও। থৌবী মুংবী সেলোই মদাইমা, লংমাই লমলেন পাত্তগি হৌরকপনা পুমলেনদা থাংলারে। অহুদগি পাইরক্লনা, লোক্তাক সোইগু মথক্তা থুংলরে। চীং নাপোম ১২ পানবা চীংনে। চীংগি মমিংদি চিরোংচাও কৌএ। পাৎশোইদগি হাওরেচীং পাররকয়ে। ইরুম্বীদগী মুকাপ পাইরকয়ে। খুরোম থাজরুং-বগি সোইদা, থাং য়াইওইবা চীংঙাগি, থাং অথৌববু অথাব কৌয়ে। থাং অহুনা লুগি মথক্তা কাথৎলকয়ে হায়রবগি থাঙ্গা কৌরে। থাং অসিগি বারম হায়গে। তথেল নৈপাক্তা মুরন লাইরবা হায়রবা অমা

---

* য়েন অসিদি হকচাং কায়াৎনুংদা পানবা য়েম্নি। থম্মোই য়াংমোই শেকনীংনচিংবা হকশেন কাংলোনগী লাইরিকশিংদা হায়—"সনখোঙ তায়মায়েন অখোম শীংঙ্‌ৎয়েন. নাররম্নু সিদয়েন, সিরবম্নু পুমদয়েন" অহুম্না অম্নিবা লাইরিকশিংদা শীংথানৈ।

লৈরনএ। পাচ সলাই তাম্মে। খংলে ময়েং চংয়ে। লাইর অদোন তাম্ময়ে। চানবা থক্রবা লৈতহুনা নিহুনা চায়এ। ফংদবা মুমিত্তা লাইবু নিংহুনা লেলএ। অমুম মতম কুইনা খাংজেএ। লাইগি নোংদম্ অমা লাকএ।

নোংমগি মুমিত্তা তরা নিবা চৎখিরদা উখোং অমদা কুমথৈদা, লাই চহু কাখিবী কৌবী অমা লাকয়ে। লাই চমুনা সুরনবু য়েংহুনা হায়য়ে। হা ইবুং নহাবা নংবু তালোই নাক্লা থাবরা? নপাখি শাংপরা হংলকয়ে। সুরন লাইরবুনা পাওথুমএ। ঐদি তালোই নাক্লা থাদেয়ে। পাখি ইমোমসু লৈতেদা, অসি হায়না পাওথুমএ। লাই চমুনা হায়য়ে। হে তনব মুংশিদা। ঐগি ইপুরোইবা ওইয়ু নোংদমলবনে। ফারগা মপুরোইবা ওইখিয়ে। মখোয় অনিনা পারী অমা পোকলে। মতম থরা লৈরগা লাই চমুনা মচা অহুবু সুরনদা লোউহৌরো পীরমলে। লাই ফদিবী চংখরে। মতুংদা সুরননা মচা য়োকপা হুমদরে। অঙাংনা কপ্পনা থেংঙা ওমদ্রবে। সুরন লাইরবনা মচাহু কোম্মোংদা হুন্দোক্লে। অঙাং অহুনা খোংনা-লাউনা কপ্পবদসু মপানা হমা য়েংদরে। মতুগী মতুংদা মমা লাইচহু অহু লাক্লে।

মচাবু মমানা খোম্লাং ইল্লরে। মমানা হায়য়ে। হে অঙাং কপ্প-গনু। হয়েং নোংবু ঙাল্লগা, থোঙ্গা ইবুং মরিন্দগি, তুবী চিরোংহন লাইরেল অরেম্বনা, লেমলৈ ওয়াম পুহুনা লাকনি। অচা-অথক অয়াম্বা পুহুনা লাকনি। নংদি নোংবু ঙাল্লগা ঙাইরমও। অঙাং অহুদা মমানা আকই। তুবী চিরোংথক্তা মুক্তা য়াইরংচানবু ইরং লংনা থেল্লুনা লাকনি। মুক্তা য়াইরংচানবু নপুক্তা অকিবা লৈতনা লোঁও, হায়রম্গা ম্যাংলে। নোং হেক ঙানরগা অঙাংনা ঙাইহুনা লৈরে। তুবি চিরোংহন লাই-রেল অরেম্বনা লাক্লে। অঙাংগি মনাক্তা চংলক্লে। অঙাংদা লেমৈ ওয়াম, অচা-অথক পীহ্লরে। অঙাংনা মমাগি য়াথং কায়দুনা পুক্কিদা অকিবা লৈতনা লাইরেল চিরোংথক্কী মুক্তা য়াউওইববু অঙাংনা

থেক্তুনা লোছোরে। মপা সুরন লাইববনা মচাবু শিরবরা হায়না য়েংবা লাক্লে। মচাদি শিরমদরে। মচাগি মনাক্তা অচা-অথক ময়াম পৈবত্থ উরে। মচাগি মখুত্তা থাং য়াইওইবা পাযবা উরে। সুরন মুংঙাইরে। অঙাংগি মমিংবু খোমলাং য়াইংনচান কৌখবে।

মপামচা অনিমক লাইগি নোংদমদগি ইনাক খুনবা ওইবে। নিংথৌবু হেন্না পাল্লে। তখেল লৈপাক্লা মখোয়বু থাগৎপসি তখেল নিংথৌ য়োৎহাবনা তারে। নিংথৌনা সুরনবু কৌখত্তুনা কারক্লে। নিংথৌগি মাং য়ৌবে। নিংথৌনা সুরনদা হংলে। নংনা মুংঙাইবিবা অসি মতৌ করম তৌত্থনা মুংঙাইরিবনো হংলে? মত্থদা সুরননা খুমছেয়ে। ননাই ঐনা মুংঙাইবদি লাইগি নোংদম্না থাং অমা ফংজেয়ে অত্থগী মপান্দগী মুংঙাইজবনি খুমলে। অত্থদি নংগি থাং অত্থ মশক অমুক্তা যেংগে হায়বে। সুরননা নিংথৌগি যাথং কায়দনা থাং পুত্থনা কারক্লে। থাং অত্থ উবদা নিংথৌনা হায়রে। থাং অসি ওসি অহিং ঐনা পূজা তৌগে। হয়েং নোং ঙাল্লগা লৌরলাও হায়রে। নিংথৌ য়াথং কিত্থনা থাং থনম্লগা সুরন ময়ুমদা বুমখ্রে। অসিগি মতুংদা নিংথৌনা থাংজবা মীবু কৌত্থনা থাংসিগা মান্নবা অমা শাহল্লে। নোংঙাল্লবদা সুরন কোন্নুং কারক্লে। নিংথৌনা সুরন্দা অহিংদা শাবা থাং অত্থ পীরে। মতাং অসিদা তখেল নিংথৌ য়োৎহাবগা, মোইরাং নিংথৌ লাইফাচেংগা অনি অসি মরূপনি। মতাং অসিদা মখোয় অনিগি (নিংথৌ) বারী হায়দবা য়াদত্থনা মত্থ থেৎচগে।

মৈতৈ লৈপাক্তা মোইরাং নিংথৌ লাইফাচেংনা তখেন্দা লৈরিবা থাং য়াইওইবগি মগুণ তারে। মোইরাং নিংথৌ লাইফাচেংনা অকন অথৌ মনাই ময়াম পুত্থনা তখেন্দা লাক্লে। তখেন লৈপাক্তা য়ৌরে। তখেন কোন্নুংদা চংলক্লে। নিংথৌ অনি উন্নরে। তখেন নিংথৌনা মোইরাং নিংথৌবু লুনা সেবা তৌথিয়ে। তখেন নিংথৌনা মোইরাং নিংথৌ মরূপ নংনা ঐগিদা লকপবু ঘারম কার লৈত্থনা লাকপনো? হায়না হংলবদা, মোইরাং নিংথৌনা খুমখ্রে। ইতাও নংগিদা

থাং য়াইওইবা অমা লৈ হায়না তারে। ঐসু অমুক্তা সেবা তৌগে হায়। বারম অছু তাবদা তখেন নিংথৌনা হায়রে। ঐগি থাং অসিদি থাদোকপা য়াদে। পীবা ওয়োই খুমলে। মতাও মোইরাং নিংথৌনা হন্না হন্না নিয়বদা পীদবা তমত্রহুনা তখেন নিংথৌনা থাং অছু পীরে। মরুপ ঐগি থাং অসিদি নংনা অমুক খুনা পীরক্কবা য়াদে। কুই-হন্নকনো হায়না পীখরে। বারম অছু তাবদা মোইরাং নিংথৌনা খুম্রে। থাং অসি কুইহন্নকওইরে হায়না খুমহুনা থাং পুহুনা মোইরাং য়ৌনা পুরক্লে। মোইরাং য়ৌরবদা নিংথৌনা থাং অসিগি সেবা তৌহুনা লৈখ্রে।

মতম কুইরক্লবদা তখেন নিংথৌ য়োংহাবনা থাং লৌগনি হায়-হুনা লাক্লে। নিংথৌ অনি উন্নরে। মোইরাং নিংথৌনা তখেল নিং-থৌবু য়াম্না নোল্লক্লা সেবা তৌই। তখেন নিংথৌনা মোইরাং নিং-থৌদা হায়রে। ঐগি থাং পীরো হায়রবদা মোইরাং নিংথৌনা খুম্লে। নংগি থাং পীগনি। ঐনা নহাক্কী সেবা নোংমা নিনিদং তৌজখিগে হায়রে। বারম অছু তখেন নিংথৌসু য়ারে। অসিগি মতুংদা মোইরাং নিংথৌনা মপুক চুমদবা বাখল থন্দুনা থাংজবা কৌহুনা য়াইথাং অসি মানবা শাও হায়থরে। শাবা লোইহুনা শারিবা থাং অছু নিংথৌদা কৎলরে। অচুম্বা থাং অহুনা চেৎনা থমখরে। কংলা উত্রামাংদা নিংথৌনা থাং পুরক্লুনা তখেন নিংথৌদা পীরে। তখেন নিংথৌনা ইতাও মসিদি ঐগি থাং নত্তে। অচুম্বা পীয়ো হায়রবদা মোইরাং নিংথৌনা ইকায়রহুনা অচুম্বা থাং অছু পীরে।

তখেন নিংথৌনা ঐগি অশেংবা থাং অছু মহুনি হায়হুনা লৌরে। থাং অছুদি লাইগি মশক্লিনা বাখল অমা তৌরে। নিংথৌ অনি অসি মপুক চুমদবা ওাক্তনি। মখোয়গিদা ঐ লৈনিংদে। চৎলগে নিংলহুনা তখেন নিংথৌগি মথুওগি পাইথোকখরে। মৈরিগা লোয়নহুনা পাই-খিহুনা মোইরাং লানবী তুরেন্দা তাখরে। ঈশিং মমুংদা কোজোল

শৌহনা চংখয়ে। থাংনা তাথিকা মখমকো থাংপোকতাক কৌখিয়ে। তখেন মোইরাং অনিগি অকল অথৌশিংগা হি তোংহনা তানরদা কাদরে। থাংদি চীংলক অচনবা মোইরাং খুয়োল থাঙরংবগি সোইদা, সোঙ্গার খাম্বাকপদা থাংলেন য়াওইকা ওইনা চংলুরে। থাংলেন ময়াই কমবনা লুগি মথা য়ানথংলে। লুগি মথক্তা কাররে। থাং অহু চীং তঙ্গা কাথরে। তখেল মোইরাং অনিমক থাং মশক উথিদ্রে। হল-লক্তুনা নিংথৌ অনিদা হঙ্গৎলুরে। থাং অহু উজবা ফংদরে হায়না হঙ্গৎলে। মতম অহুদা তনবা লুপা অহুম চংলক্তুনা নিংথৌ অনিদা হঙ্গৎখি। থাং অসি ঐখোয়না লেমলৈ ঙা ফংগে হায়তুনা চীংলক্তা লৈজরিজৌবা হায়রিবা থাং অসি চীংদা কাখ্রে হায়না হঙ্গৎখি। বা অহু তারবদা নিংথৌ অনিমক্তা চীং অসিগি মমিংদি "থাঙ্গা চীং" কৌখরে। চীংগি মমিং থোনবা লোইরগা তখেন নিংথৌমু মরৈবাক্তা হনখরে। থাংগি মমিং অসিদা লোইরে।

## মালেম শেম্বা

মসিগি মতুংদা হায়রম অমগা হায়জগে। গুরুনা মালেম শেম্বগি খাবম হায়জগে। মালেম চিরোক ৪, মাইকৈ ৮ মক, শুংদাই ১৬ মক্তা শিংগাই ৬১গি ময়াইদা চিংলোন ৯না ইকোম কোয়না পনশ্যয়ে। গুরুনা লাই, মী, হিংচাবা, জীব অমম্বা শেমখিএ। চয়োল ৭, মথা ১২, পুথোকলে। গুরুগি মরদগি লাইরেক মরম ৭ পুথোকলে। লাই শলাই ৭ পুথোকলে অমসুং খায়রে ; মীগি শলাই ৭ খায়-দোকলে। হিংচাবগি শলাই ৭ খায়দোকলে। গুরুন চিংলোন ৯ শেম্বগি লাই কোটি ৩৩ অকমা লৈকমদি মখোয় লাইগি মমদি উমংদা লুম ওইরো হায়তুনা লাইজ ঔরোমুমনু ওইরো হায়তুনা লুম ওইখ্রে। মরম অমিগি উমং লাই কৌএ। মতম অহুবদি মীবু লাইনা শিজিন্নে। মীবসু লাইবু থৌনাবা নাশরম্মে। মসিগুম্বা মালেম শেম্ববু লাইগি

লৈপাক কৌরম্মে ; লাইগি মঙালনা ঙাল্লে হায়রুনা মণিগুম্মী হায়রুনা মণি মালেম কৌএ। মীনা মুংঙাইবর সনা ফংবগুম হরাউএ। অদুগি মরমদগি লৌতুনা স্না লৈবাক কৌয়ে। হিংচাবনা চাবর থুংয়ে হায়-রগি পুকথোকপস্নুং কৌয়ে। অসিগুম্বা মালেম শেম্বরু গুরুনা খা ৬ ঈংসমু, থা ৬ শাসমু হায়খি। মুংঙাইবদা মখৈ লৈতেয়ে। অসিগুম্বা মালেমদি লৈতেয়ে। চিং হায়বা, উমং হায়বা তিনকম লাইফম, পাৎ-কোম, লাইথুং কোকপা অমস্নুং থুংবা অফবস্নু ফত্তবস্নু লোইনা শুনা লৈয়ে। মণি স্না লৈপাক অসিদা শুনা লৈয়ে। গুরুনা চিং হায়বসি করম করম্বনা হায়া শেম্বগে হায়রবদি—ছাওরৈ খানা পাংবদা লৈবা চিং 'হৌবীচিং' অসিনা হায়া শেম্বনি হায়রুনা চিংবু 'হৌবীচিং' কৌয়ে।

হৌবী লোক্তুগি লাই অমা থোক্লক্লে। লাই অদুগি মমিংদি লোকনিংথো কৌএ : লোকনিংথো অসিনা কয়ি চিংজুম থকপসি মুং-ঙাইত্রে হায়রুনা মালেম তমদা কুমলক্লে। তমদা চাইরেল লাকপা কৌবা লাই অমা লৈরমলে। লাই অনি অদু উম্নরে। চাইরেল লাকপনা হায়এ। নং কনানো হায়না হংলবদা, লোকনিংথো হায়বা লাই অদু ঐনি। লোকনিংথোনস্নু অমুক হংলে, নংদি কনানো হং-লবদা ঐদি চাইরেন লাকপা লাই হায়বদু ঐনি। ঐখোয় অনি অসি মরুপ ওইসে হায়রুনা মরুপ ওইরে। ইতাওনা লাকপদি কয়ি থো-নো হংলে। লোকনিংথোনা খুমখিয়ে। ঐদি চিংগি লোক্তা লৈবা কুইরে। ইতোমতা লৈবা মুংঙাইত্রে। তম মুংঙাইত্রা য়েংবা লাকপনি খুমলে। চাইরেল লাকপনা হায়রকএ। ঐস্নু মরুপলোই মুংঙাইতে। মতুংদা লমদম অসে চফু শাদুনা ফুয়েখোল তারগনি খনবদা ছজিক্কগি হৌন মুংঙাইতবা পোক্লে। লোকনিংথোনা হায়য়ে। ইতাও ন্নংনা মুংঙাইত্রবদি ঐখোয় অনি চৎলসি, ঐগি হৌবী চিংদোন্দা। লম য়েংলুসি হায়রবদা চাইরেন লাকপস্নু য়ারে। লাই অনিমক হৌবী চিং কারক্লে। হৌবী চিংদা লেপ্লুনা লম য়েংবদা মালেম চিথেক ৪,

মাইকৈ ৮ মক. শুংদাই ১৬ মক শিঙ্গাই ৬১ মক খুবাক লাইথন শাহুনা মী য়েংলক্লে। লাই অমস্থু লম য়েংলে। মাইকৈ অবাং পাংনা য়েং-বদা, লোক্তাক মন্নাইদা স্নাগি চিংগুম্বা অমা উরে। চিং অসি উবদা মিংফম তোংবা য়াখিদে। চিংগি ফজবা উবদা লাই অনিমক থম্-রক্লে। লোকনিংথৌনা হায়রে। ঐখোয় অনিমক চিং অসিদা লৈরুরসে হায়রে। চাইরেন লাকপস্থু য়ারে। চাইরেন লাকপনা হায়রে। চিং অসিনা ফজবনা নংস্থু পামলগনি, ঐস্থু পামলগনি। ৱারম করি ভাং-নসিগে হায়রবদা, লোকনিংথৌন হায়রে।

## হি তান্নবা :—

ঐখোয় অনি হিদান্নরসে। অহানবা থুংলবনা চিং অসিগি মপু ওইনসে। হুয়েং শোয়নগনি, ৱাশরুসি হায়রবদা লোকনিংথৌস্থু য়ারে। লাই অনিমক লেপ্পরে। মখোয় অনিনা ৱাকৈ হিবু তান্নরক্লে। হিদি হৌবী মথা পাংবা লোক্তগি উ য়ান্দুনা হি শারগা তোংলগা তান্নরে। উনিংথৌসি তুবদা খাক্লা খোংনা তুই হায়রুনা "খাখোন" কৌএ।

তান্নরিবা হিবু লমথাবদি কনাবু থাহনাসিগে হায়রবদা, লাইনিংথৌ স্নামহিবু কৌহুনা ঐখোয় অনিগি হি তান্নবদা লম খর থাবিয়ো হায়-হুনা চিংনুংহুত্তগি লম থারে। তুরৈ তুশাং হৌল্লক্লে। লমলেন লম-নুংশি চকপি চকৱাইতা য়েংওইননা থনমলে। তাংজেং য়েংওইননা থনমলে। নুংমু য়েংওই নাতৈ থনমলে। ৱাংমু লমনুংশি য়েংরকলে: ৱাংমু লৈমা খোংজোমফাবিনা, চাইরেল লাকপনা মাং থানা হি হৌল্লকপবু উরে। লাইনিংথৌ কোরৌ মৈনা চাকপনে হিদান্নবা ৱারু-রিনি। লাইজ ঈশিং থকপিখো, হৈরাং চাবিখো, লৈরাং চিনবিখো, হায়রে। চাইরেল লাকপনা হায়—ইবেম্মা ভসিদি ইতাও লোকনিংথৌগা হি তান্নরি, মতুংদা চারগে হায়হুনা য়াখিন্রে। অহুগি মতুংদা লোক-

... লোকনিংথৌ হৈরাংগা কোরৌ

মৈনা শাবনে হিদানবগি ৱাবনে ; হৈরাং চাখো লৈরাং চিনখো। খুলাম তোয়না কৌরবদা, লোকনিংথৌনা হরাওনা চংহুনা চারে, চিল্লে।

ইবেম্মা—ঐ চৎলগে, ইতাওনা হানখিনি হায়রবদা, লাইরেম্মনা হায়রে। লাইনিংথৌনা হানবগি লম্বী তাকচগে হায়না লাইরেম্মনা হি তোংহুনা লাক্লে। লোকনিংথৌনা হোল্লকলে। চিং অমা য়ৌরে। লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা অনিনা ৱা ভাংনখিয়ে। চাইরেন লাকপনা থাপ্পা উহুনা মানা মোমোন নোকখি হায়হুনা চিং অহুবু “মোনচিং” হায়না কৌখিয়ে। লাইনিংথৌ লাইরেম্মা অনিনা নাপ চিক্লা ভাংনৈয়ে হায়রবগি ‘নাপচিক’ কৌখিয়ে। চাইরেল লাকপনা তোরৈ তুশাং হোনখ্রে। লাইরেম্মগা লাইনিংথৌগা অনিদি ইথাই য়ৌরে। লাইরেম্মনা মাই অৱাং পাংনা য়েংলগা হায়রকই—আদগি চিংজেং অসি তম্মা হোনবিয়ো। অসি তাক্লগা লাইরেম্মদি লৈহোরে। লোকনিংথৌ হোনখ্রে। ইথাই কৌবদি লাইনিংথৌনা হিরম থৈনা ফোনখি হায়বগি “ইথাই” কৌখিয়ে। লোকনিংথৌগি ৱাবু হান্না হায়গে। লাই অসিনা হান্না য়েংহুনা ‘চিংজেং’ দা হি থাংলে। অদুগা পোত্থাহুনা লৈরিভৈদা, চাইরেল লাকপন্থ হি হোল্লক্লে।

লোকনিংথৌনা হি থাংহুনা লৈরমলে। চাইরেল লাকপন্থ হি থাংলে। লাই অনিমক উমরে। চাইরেল লাকপনা ৱা হায়রে। ইতাওদি য়াংলৌ চমদাং কদোমদা চৎপগে হায়রবদা, লোকনিংথৌনা ঐদি মসিগি লমদাং অচুম্বদা লাকই হায়রবদা, চাইরেল লাকপনা ইতাওদি মীনম্বা লম্বী চৎলে হায়রবদা, লোকনিংথৌনা ঐদি লম্বী অচুম্বদা লাকই হায়রে। চাইরেল লাকপনা য়াদরে। লাই অনিমক নিংতাই তান্নরে। মখোয় অনিগি নিন-খোংবনা চিং অসি নিক্লে। মখোয় অনিগি খোঙ্গেন্দু থাঙ্গরাকপনা তারে।

থাঙ্গরাকপগী ৱায়েল:—

থাঙ্গরাকপনা কপা কনানো ঐগি লম অসিদা খৎনৱিবা হংলে।

লাই অনিনা ঐখোয়নে থুম্নবদা, থাঙ্গলাকপনা নম্মিং করি করি কৌই হংলে। ঐনা চাইরেল লাকপা, মানা লোকনিংথৌ কৌই। করি মরমগি খংনরিবনো হংলে। লাই অনিমক্না থাঙ্গলাকপদা বায়েনবিয়ু হায়রে। মতুদা থাঙ্গলাকপনা মরম হায়য়ু। ঐখোয় অনি হি তাম্নেয়ে। থাঙ্গলাকপনা কনানা হায়া য়ৌই হংলবদা. লোকনিংথৌনা ঐনা হায়া য়ৌই থুমলে। লাইরেল লাকপনা ইতাওদি লম্বী মীনম্বা চংলে। অতুনা ঐনা য়াদে। থাঙ্গলাকপনা হায়রে। লম্বী অনিমক অচুম্বা ভাকুনি হায়রবদা, চাইরেললাকপনা হায়রে। ইতাওনা হায়া য়ৌর-রনি চিংগি মপু ওইহৌরো হায়য়ে। ঐদি চংলগে হায়রবদা, ইতাও নং চংফরোই। লাই অনিমক নিংঙাই তৌনরে। থাঙ্গলাকপনা লাই অনিবু খামজিল্লে। নখোয় অনিনা করি করি হায়নরকই হংলে। লোক-নিংথৌনা থুমলে। ঐখোয় অনি অমনা হাল্লবস্থু পুন্না লৈমিন্নসি হায়-নৈএ। বাস্থ শক্লনৈএ থুমলে। চাইরেললাকপদা চুম্বরা হংলে। চুম্মী হায়না থুমলে। বা অতু তাবদা থাঙ্গলাকপনা বায়েল্লে। নখোয় অনি ঐনা হায়বা য়ারো। লাইনা বাশকপবু শোয়রবদি মীনা নোক্লগনি তৌগমু। চিংগি মপুদি লোকনিংথৌনা ওইরো। চাইরেললাকপা নংনা চিংগি নমদা লৈয়ো। থাঙ্গলাকপনা বায়েলবতু লাই অনিস্থ য়ারে। থাঙ্গলাকপনা লোকনিংথৌগি মমিং "চিংলেন নিংথৌ" থোল্লে।

মথং মথং—

# ঋাংব্রেন খুনকুমলোন

ইথোকপা—এন. অশোককুমার

হয়া হে অবাং ফাংলো লাইমা খোম্না চীঙঙ্ যাইবী মতুমগী অতিংঙা উংলৈচীং অথুপপা কচেং থাংকোক তুকুম্বব্ চান্নন হৌনরকপা কৌপারু অমুকপা লাইয়াম্না খুন্দা অহানবা নো ঙ্গ্রৌ মরু ক্ষিংনচিং চাইথরকপা লাইচানা তুময়া চোম্না পানফারিবা মশানৌ ইরেমম্না ঋারম চনু শাফবী হৌতু নুংপাক থক্তা লাংওনফবী ভানবা লৈরোংশীগা কৌরা কৌমু ২ মানা মপারি ঋাংহুকলেনপু নোংলেম খান্না পাং লাইচা ইরাইত্তা খমনুং য়াংতো লমপু খুনকুমও হায়না মপারি চেংলো মিথিংন্না লুরু কুমপাবু চীঙঙ্ মহিরোই খোইয়ম মহিশাং পুম্না লাইজা ইপাকথক্তা অশৈ তোরান শক্তা খুলকমলমএ হায়তপরা।

লাইজা ইপাকথক্তা শুকুককুপা শোইকুপ্পনা থারৌএ কোয়াং ঋাপোৎ শেমনা পামেল ব্রুয়ান্নু পৈনা লমকুথরকুপতি পল্লেম মমানা মপারি চেংলো শকতোং য়েংনা কৌনা কৌনা মিকপথিএ। অতুনোং-নোংকীপু শেৎনরে মপল পম্ফোকী মারাল লমকুম ফমপু তোম্না হুন্নাল-ময়ে। নোংলেম খানা পাংপা লমতা লমকুমথাপাতি চেংলো মিংয়েং তামথ্রকনিয়ে লোইতাম মন্নংরোই লাংহৈ কুমরোল খুতিংকী নপল পল্লেম ঐনা কৌপি শিংথাকে। পল্লেম বুথ রমপু বাঙম শুত্তোন তানা শিং-থাও তৌন কৌনা-ও। মপল কৌবা লৈমচনা মপরি ঋাংহুকলেনপু শমু মখুৎ পায়না পাওমেল্লএ। হে য়িপারিও নংতি নপল ঐনা য়িঙা কুমতমলকপবু নোংহৌও য়িঙেল কুমখ য়রাপপু কুমকাওকনো হায়না শমু মখুৎ পায়না পাওমেলকএ।

হে য়িপারিও নংতি নোংনেম খানা পাংবরোমদা লাইজা য়িথোং-লোল লেমলৈ য়িথোং থিংলুলো কোলোয় নমিংথোংপু নোংনেম খান্না

চাওবা-ও তৌনা কৌনা ও। হাওরৈ অরাংপাতাকি পুথরে হায়পকি রাং-পরেলও তৌনা কৌনাও। মানপি লিহেপ্পা মশল ঙাংবা চিহেনবকা কাওরেল কোনথৈবা মুপা য়াংকেল শলগা কাওরেল ২ মানা ফমফম-নারুবো শবোম থারৈ তাংনা তিনমু চানাশুনো পানপা কৈয়েকপা মপি মচাতি কৈথোকলেল চামরিকপা ২ মানা লাইমু চানাশুনো। থারৈ লমতারম খমন্নু য়াংতৌরম লাইজা ইরাইতা মহৌ খুম্ভোকলম সেনপি শিংচংথোক থোংনাং চীংমাহুৎ শেনবি চীংনামুং পামেল রুচলপোক থৌতু নুংস্তমচীং লোইপী হুত্তরা হুত্তাচীংপু ঙমরোল নাতৈননা লম-থুংপকা থৌতু শাকুপ্পিনা য়াথোং থিংলুবো। তেৎনৈ লাংহৈাপনা য়াথোং লোননালুবো শারা লমকুমলমপু লমঙাকলু-ও হায়না পাওমেল-লাপাতা চীঙঙু মহিরোইনা খোইয়ুম মহিশাং পুমনা অশৈ তোরান শকনা লাইজা লমকুমথরকএ।

কৌপরেন মচা অহনবানা কেকে শাইতাংনখিয়ে, ঙাংঙোই য়ুম-তাংনখিএ। অরাং কৌপা মপারি খানা চাওবা রাংপুরেল থারৈ লম-কুমকাপতি লাইচা য়িথোং থিংপানে লেমলৈ ঙাখোং লোনপানে তেৎ-নৌ চুপথা ফপানে য়াংলৌ লমথিং হৈপানে হায়না লমকুথারকপাপু লাইয়িংথৌ অসিপানা কংলৈ ফমপাল মুননাঙৈকী মালেম লৈরেন হনপিনা মপারি খোম্মাতোনপা থৌয়িলশিলখিপাকি য়াইপী মনুং হৌনা কোরৌ নোংলানপালতা কোরৌ নোংকারুবদা কুরুনা রাংনা কোয়না য়েংপতা চেংলৌ শক রুঙমতপকীপু মালেম লৈরেন থেমনা নৌনা কোরৌ নোংলান পান্তকী কৌথাপাতা অসিপানা খুনকুম লাপতা কুকনা অরাং পতা কোইনা য়েংলম্ব। মফম্বু য়াংকোই কৌএ। রুম্নাপুংতা কুরুনা শমু খুঞ্জেং পায়না পারি নকা ফমলেল লূচিংলমকে হায়না তাকপা মফমতা লোর্কনিংথৌও তৌনা থারৈ লমকুফদবা শমু মখুৎ পায়না তানা রুরিংবো পামেল রুথারমকে চীঙঙু নশানৌগী খোইয়ুম মশা-রোননা রাংঙম শুতোন তাবদা কংলৈ নিংথৌ পুন্সি থংনপা পামেল

মিতম হু নমু পোংতম বুপু তলা বুরিংফয়ো পামেল বুখা তম্বিয়ো হায়না মপারি অসিবদা শমু খুৎশিন্নরমপা লোকনিংথৌ লাইজা ইতাফমদা প মেম বুরিংপাতি তলা ময়ু চাওবানা পুন্সি চৈরেশাং মপারি হাকোক য়ামও পামেল মশা লোংলাপতি নিংথৌ মহাক শেমলো, তলা ময়োলকং পামেল বুকোক লোম্বতি লৈপাক চাকতোনলোম নিংথৌ ফিতোন লোমবো তলা বুরাং ফাওপানা তাম্বোং ময়ুং কুই পামেল থুইনা মাংবনা লানফম য়াইবি মাংনবো তলা বুশ চং পামেল বুরোই কংপতি মহাক লাইচেললো হায়না তলা মথুৎ থাপু পামেল বুশংনাঙেনে।

লাইজা য়িখারমতা থারৈ খুনতারকপাপু চেংলো মিৎথিৎ-লাপাগী থৌতু নুংথোং শেমনা লাইজা য়িপল শেমলাপাকি লাইজা বুঙাম থৎনা পনথিংলপাকি চীওঙু খুনতাবানা খোইয়ম লোক্লিংথৌগী মোংপা মশংকাইতা মরাল য়াহমলকএ। হে য়িচুংঙা লাইজা নংগী য়িতারম্বু করিকি থোইনা য়িপন শোইনাপপানো লাইজা য়িথিংপানো হায়না য়াহমলাপাতা খোইয়ম বুথাবা তলা বুরিংবানা হোইতা হে য়িচুংঙাবো থারৈ য়িরমখৈদি চীওঙু কনাবু খুম্বোকফরোইএ খোইয়ম অতোপ্পপু খুলতাফরোইএ। হে য়িচুংঙাবো চীওঙু নহাক্লা শমু মিলৈনা য়াইবি নমুংহৌ তিল্লাং নখোই শাওনা বারোইরাপতি চীওঙু ঐস্নুং লাইচা য়িথোংথিংলুবো শরুই পৌরোল লোম্নুবো হায়না থৌশিরকপপু থারৈ কদাইরমপু পৌরোলসিবানো হায়না য়াহংখোলকিপু চীওঙু লোকনিংথৌনা পামখুমলমএ হে য়িচুংঙা খমনুং য়াইচৎলম শারা পেংচংলম নমু শিংকুম লমতি লমরাৎলিঙেনে। চীওঙু ইরম হেন খোইয়ম থারৈ মুংশারা লমকুমকমতা খুনতাফরোইএ হায়না পাওখুমলাপতা চীওঙু য়িথোংথিং শারা চুমীৎ লোনবা নমূ শিংকুম থোংথিংবনা পাওমেলএ। হে য়িচুংঙাও অবাং কৌবা য়ি মরু খাবা বুয়েল হিবু ঙমথং নাতৈনবা কোরৌ নোংমদোল মালং হুমপা চীংতা লমলোইবা ঐপু করমা খুনকারায়সিপনো থারৈ মরমখৈকীপু খুনতাফয়োই হায়না ঙমকানো। নচুংঙা ঐতি

চীওঙ্ নশারুকপু কৌওমলোইএ আনাল নালফো মরৈপুং খুনতেন মহৌ, তোরশেল, বাইনেল খুংকুং খুনপুং লোইবী থাংম হৈখ, লম-কাং, অরাও খুংকং পুমনামানা লাংহৈ কুমশীং খুদিংপু কুমলাওতনা তাওজিং হৈকথাললো, শিংঙেল লৈকা হান্না লাইচা তমও। শরা মিথোং থিংপারমপতি নচুংঙা ঐবু থিংনকে হায়না পাওতিক-খোলকিপু খোইয়ম লোকনিংথৌনা লাইজা য়িপল ফাং থৌতু মুংপল থিংলমপাপু লাইচা য়িথাপিরে বুঙাম শিংপুন লান্না লাইচা য়িকুমথারকলে।

চহি কুমচা খুদিংমক্কী তাওচীং হৈকা হান্না তমখিরে হাইতাপারা। চীওঙ্ লোকনিংথৌও তৌনা কৌত্রিঙৈকি খোইয়ুম শারোল নিংথিপাপু খংনা স্নামহি হায়নসু থমলএ। বাংপরেন খানা চাওপানা খুনথোক-লম সরা চুমিং লোনপা লমতি খোইয়ুম খুলতালকলে হায়তাপারা। লাংহৈ কুমরোল খুতিংকী তাউচীং হৈরাননখিয়ে শীংঙেল লৈলানখিয়ে হায়তাপারা। কুরুনা পাওতাকলমপা পারি ইপুংঙো লোকনিংথৌ তলা বুরিংপা পামেল মিতম থাপা নংবু য়াইপী মমুং হৌফরোই, তিললাং নথোই শাওকরোই ইচাকি নকা কমথোল ১৬৮ পু য়িপানা নোংতম-লিএ। নশানৌ কোনতে তনৌবানা কংলৈ খুনকম ফংবদি য়াইপী মমুং গ্নৈকনো হায়না পাওমেল্লবদা হয়েং বাংঙম শুতোন তাবদা কংলৈ নিংথৌ খুকম চেংনা পুন্সি চৈরৈ নুংশাংনপা নোংতমপিও হায়না কুরু কোলোয় মরাথংপ পাওতাকপিপকী তলা বুরিংকোল পামেল বুথান্নংপু য়িচুংঙা নংকী মোংপা য়ুমতমগ্রঙেনে। চীওঙ্ য়িহিকলোই লাইরেন য়িহিকচাং ময়াই সুমতোংপান য়াংকোই শরুকপুংকি ফমফম র য়েললি-পাকিতমকপু খাপি মথং শিন্না অমাই লাইতাই হৈপানা চীওঙ্ ঐপু হান্না তাই-হল্লো। য়িচুংঙা নঙপু কোম্না তাইঙমচৌও। পুন্সি অথোইতোং তানথোং মমুং কুইপা লেমথোং মফৈ পাকপপু লনকুপিকে হায়না পাওমেল্লপতা খানা চাওপানা পাওথুমএ। হে য়িচুংঙাও খাপি মথং শিন্না অমাই মথং খন্না খোইয়ুম লাইতাইপাপু য়িচুংঙা নঙপু হান্না তাইঙমও হায়না।

চঙ্গি, কুমচা খুত্তিংমকচুং চাপি চানো হায়া কংস্নো নচুংগা ঐজি কোনরা চাম্পি পিনাস্নো। তম্মা নওকী মিতম বু পামেল নওকী নমু থোংজন বুতি চৌঙও, মিশাই কোকতা লৈস্নো। মালং মুংশিং লাংহল্লোই খুমকোল অহুম চংহল্লোই তম্মা বুরুম লাংহনকরোইএ। চৌঙও য়িঙাকলমকে খোইয়ুম ইকরলমকে পামেল বুঙাক বুশেন লম্বকিপু তাউচাং হৈকংহল্লসে সনা কোনশেপ্পা লুপা যাইচলপাস্তুং চনমানাসে হায়তাপারা।

থানা চাওপা ম্যাংপরেন পিশুম য়েকপা খোংচিরাপানা অনাল চমু শংকাইপু ম্নোংপা য়ুমলেপ মননাকে হায়পকিপু মশানৌকি মার খোংকুল ািবুকলে। অনাল চমু লোইয়ামপিনা পামেল বুরু তুপকে থোংলেন নাফল হায়কে হায়পকি তর চয়োমপু ম্যাংলৈ য়ুয়োম পুন্না অনাল শরোথেল লোইপী লাশেংপোক্তা পাময়ানপপু মশাপি চেংলৌ শকথংনা ক্ময়ৌ চুপ্পা নুংশি ম্যারী পোংথানা পামেল বুখোংথাতা কোলোই পাওমেননৈএ হায়তাপারা। মুম্বিং শিংবুম কুই কৌরৌ মশিং য়ামল-বক্লিবু নোংমা কোরৌ অমতি থৌতু নুংপুহল লোকমাই লামা পল-চোংলমলবকিপু মশাপি চেংলৌ শকতোং য়েংনা পাওমেল্লকই হায়তা-পারা। হে য়িশাপি-ও শামপা পাংকলপানিকিনা মুরা পামলৌ পায়-ফোইলৌ নিংঙোল শিলচং শিংগাই লৌপু নুংশি কোলোয়নরিঙৌঙা পামেল বুরু তুপ্পা ওমতারে হায়না পাওমেল্লবদা হোইতা হে ইশানৈ ও। নশাপিঁ ঐনা থৌনাকে হায়না থাংলেল মখুংশুপু পায়না চৌঙও শয়োই ৬১ মাকা লোইননা নিংঙোল শিনচং শিংকা লৌপু থাংলেন নাফল হায়না পাম য়াললে হায়তাপারা।

হে কুরু মহো নিংথৌ শহৌ ফেমলোন লোনবু তাম্মা থানরা শনবী নুংতেকমানা খিকয়ারোকনা খিকপত্তি শনয়াই লানয়াই খিরথংলে। খুমনাউ ১০০ বু নোইকি নোইমনৈ পাংকী পাংশিনখিএ। নহা মক্তী মুংদা পাকনা তাইনা চাকয়েন হৌরকপি হনবা হনম্ম লুকথংদা হমু লুকচা

লুকথেক্ত্রবকি লিনকাম লাইকাম লাইথুংএ। লাইকোক চীংদা য়াঙনবা লাইনিংথৌ-ও নক্কৌ নঙা পান নহৈ নবোংপানবু তৈনা শেখীরম-ও।

হে কুরু খানা চাওপা রাপরেন পিশুম য়েকপা খোংচি য়াপা মুনা য়েকপা মুনা লাংবা লাইজা ইথোং লোনবা লেমলৈ ইথোংথিবা চীঙঙ্ খোইয়ুম লাইয়িংথৌ রাংপরেন খানা চাওপা মমাবা মুংথোং চোমকাবী চখোইমোম্বী সুমকনবা চীঙঙ্ লোইকৈ চাওবা হেমচেং চকপা সারেম নোংচাইপি য়িন্নুথেন চানমিরৌদা ফমফম্বা লাইচা য়িথোং লোনবা লেমলৈ য়িথোং খিংপা থরাই নমু পোংহৈপা অপোকপা পুমনামাপু লাইচা থোংলোননা থৌখাম্বা মরুম্পী অনাল খুম্বক খুনখা চমু মরৈপুং খুনতোন চমু নোইপি থাকপচমু তরাও তরেৎমু তালোয় লুমলেন মাপলপু লুমনপা বুনপি তুখোং ঙম্বা হুয়েন-মুংমং লাইকাপা খোইয়ম লাইয়িংথৌ-ও।

হে কুরু তলা বুরিংপা পামেল বুথাবা-ও তাইবঙ মীতম বু নমু পোংতম বুবু তলা বুরিংকোন পামেল বুথানুংগী রাংপরেন খানা চাও-পাপু চীঙঙ্ নরি লিতিম্নবা খোইয়ুম নরোই লোয়নারিপা ও। খোইয়ুম লাইয়িংথৌ শম্বোং নিংথৌ চাওপাসুং থৌতু নুংদোন ৯ থক্তা মুংনাং সাকাং থক্ত তোং চীঙঙ্ মন্নুই নিংথৌ থোকপা তখেল লক-চিন ফম্বা ময়াং সকাল তোংপা পাঙকল তম্পাক কোইপা চীঙঙ্ নতীক কোনসুং কোনমাং খাবা ঙামু খুমু কোনসুং কোনমাং লোইয়ারৌ শচি শয়া শঙাই কোনসুং কোনমা খাবা লাইয়িংথৌ-ও।

নচিপাপু নেমসিকে লাইয়িংথৌ সনা হিহোনবা কমপোং খারম পাৎপু রাতেম্বা থাংঙা লাইরেন পাৎপু রাহম্বা য়িরোক অসুপনা থোন-কৎপা চীংশাং নাপোম অরাংববু মনাক নেৎনা ফোইথুপা শানে কংলৈ থক্তা হিহোনবমু খুমু নৌশাতা তৌরাং তেকসোমতবা লাইজা ঈপাক থক্তা লমচেনপাপু থয়াই চোক্ত খুতোন নাইতপা শেনপা লৈহনতপা য়িঙেল নোংফাইতবপু কাইরৈ রেনমৈ শিৎপাপু য়েলগৌতা কাওরেন

শললক চংপপু শেলখৌতা তেকপী ওকলক চংপাপু ওকথাংতবা মরুপী খোইমোম লাইরেম্মা পেনতমমু রশোক লৈমা লম্লাং নিংখৌ চমু লিরি থয়াম ফুমপী লোকয়াই তামপা তোংগুম্বী ·চাঙ্গং পোনঙ্গং অয়নপতা ইশোকপপু য়িরিংতপিপু লুম্নপা লাইয়িংখৌ।

---

# সনামহি লায়নীগী ওইরক্লিবা মশক

ডাক্তর এমঃ কীর্ত্তি সিংহ
M. A., LL.B, PH. D., D. LITT

## য়াহৌদোক

সনামহি লায়নীঙ পাক্লা লৌরবদা মৈত্রবাক্তা হিন্দু ধর্ম্ম চংলক্তি্র ভৈদা মৈতৈশিংনা চৎলম্বা পুম্বা খঙনবা য়াই। হৌজিক্কী মতমদা হিন্দু লায়নীঙ অমসুং সংস্কৃতি সভ্যতাবু শীংনহুনা ছাম্নগী ইনাৎ হজিন্নবা অপোকপা মরূপ অমসুং মনিপুরগী মকম কয়াদা শন্দোরক্লিবা মীতৈ মরূপকী পাউজেল অপুম্বা সনামহি লায়নীঙ কৌবসু অকায়বা লৈতে। Revivalist (হিঙ্গৎহনবগী) ওইবা য়াওলনি হায়না মপাল লমগী অথঙ-অহৈশিংনা মত কয়া পীনপ্রে। তৌইগুম্সুং লায়নীঙ অসি করম্বা মতমদগী হৌদোরকপা অমসুং কনানা শন্দোরকপনো হায়বগী মরমদা অরোইবা পাউথুম পীনদ্রি। অরিবা মৈতৈগী লায়নীঙ লাইশোন্দা তৎন-থানবা য়াত্রবা মচল অমা ওইরি। গুরুনা মালেম লৈশেমঙেদগী তাইবং জীব অমসুং মীওইববু শেমউ হায়হুনা শেমলিবা অশীবা কৌবা লাই অসি সনামহি কৌবা লাইনি হায়বা এখোইনা য়েংনবা লৈত্রে।

পাখংবগী গুরুনা খুন্নম শিন্নরম্বদগী শাউতুনা মাঙেম তুমহনলগে থন-শিবা মাগী খুরোন অদু সন্নামহি অপোইবা কৌতুনা মাওহম্নবগী শকওং খুম্নহল্লি। মরাই অসিদা হৈ-ন্না অমম্ভুং অরিবা পোক-কংনবকপা অসিনা করামুক কুইরবনো হায়বহ খৌমিওাই ওইহনলি। লায়নীঙ অসি নৈ-নবদা অরিবা মীওইশিংগী হৌরকফম, লোই লমদমশিংগা মৈতৈগা নক্কবা, পুরুমনচিংবা চীংমীশিংগা কলচরগী মতাংদা কয়াম চংশিন্নরগা থিজিনকম ওইরি। শগোল পুথোকপা, মাইবা হোদোকপা অমস্ুং তাইবং শেম্বহ লাইসিনি।

গুরু শিদবগী য়াথংনা মমা লৈমরেল শিদবীগা য়ুমথোং খুদিংদা য়ুমলাই ওইতুনা মীওইববু য়োকপি কনবিবা লাই ওইহনখিবদগী লাই মহাক অসি মীওইবদা অরান খুভম তম্বীবা অমস্ুং পীবিবনি হায়না লৌনৈ। লাই অসি পুন্সিচুপ্পা য়ুম পান্দবা ওইনস্ু লৌনৈ। য়ুরাংবা অমস্ুং ঙানা ঈরাং থৌনি তৌরস্ু থেংনৈ। ওন্নতৈনবা গুণ কয়ানা তিনলি। পুয়া নৈনবদা লায়নীঙ অসি কন্না শন্দোকখিবা নিংথৌ-শিংদা কাংবা কাংখন, তেনমানা পোকপা মৈতৈ মানবীগী মচাশিং, কন্না তোলোংবনচিংবনা অরিবা মতমদা পনবা য়াই। খাগেম্বা নিংথৌ লাইনীঙগী ঈথিনগা চায়বা লাইনীঙসিদা পুক্নিং থিংজিনখি। হিন্দু লাইনীঙগী শাস্ত্রদাসকী মওং কয়া অখং-অহৈশিংগা তান্নরগা শেমখি। পামহৈবনা শান্তিদাসকী বা-মোইরেংশিনগী সনামহী কোলু য়েথায়বা, অমূক মূর্তি লিংখৎতুনা সনামহী মূর্তি মনশিংবু সেবা তৌহনবা, ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী কুক্তা সনামহী মূর্তি ভাবতা থাজনরকপা, চৌরজিৎ মহা-রাজগী মতমদা অমূক মূর্তি হৈবা, লাইশঙ শেমজিনবা, চন্দ্রকীর্তি মহারাজ অমস্ুং চূড়াচান্দগী মতম ফাওবা বামনশিংনা সেবা তৌরকপা থেংনৈ। লাইনীঙসিবু লাইরিক অমস্ুং মন্ত্র যন্ত্রনা ওম্বোক্তুনা থম্মী-রম্বদি অমাইরা অমাইবী অমস্ুং শাইবা শাবা কাওবনি। অথোইবী লাইরাউ অমস্ুং হৈবা-শিংবা নীতিনা লাইনীঙ অসি হিন্দু ধর্ম, চংলরম্ব

শিথহনখিদে।

অনৌবা মতমদা লাইনীঙ অসি বিপ্লবী ওইবা শকওংদা কাছার-রোমদগী নাঙউরিয়া ফুলোমা কয়া শন্দোরকই। মাগী মতম্দী অমসুং পুথোরক্লিবা লাইরিক লাইশু অসি মনিপুরদা চংমরকপগদি থীনা থেয়ে। লাইনীঙ অসি শাফুদগী অওনবা থোকখিহনা সেবা তৌনরম্বা বামনদগী সরকারনা লৌখত্তুনা মনিপুর রাইফলসগী লাইশঙদা মৈতে মচাশিংবু সেবা তৌহনখি। Temple Board অমা শেমহনা অশিন অরাং তৌ-বদি লৈখিদ্রবা চীফ মিনিষ্টর য়ংমাসো শৈজানা খৃঃ ১৯৭৬ গী মেরা চাউরেন হৌবদগী তৌহনখি।

১। লাইনীঙসিগী পুয়া অমসুং হকুনা থনস্থশিং—লৈশেমলোন্দা অশীবা কৌহনা অমসুং মৈতৈগী য়ুমখোং থুদিংদা য়ুমলাই ওইনা খুভম য়ানরকপসি মৈতে ওইবগী মচংনি। শগোক লমলেন কৌবা লাইরিক্তা সনামহী ধর্ম্ম মরাং কাইনা পনলে। খাগেম্বগী মতমদা ময়েক চাও-খংহন্দুনা পুয়া কয়া থোকহনলে। নিংথৌসিগী মতমদা থোকহনখিবা পুয়াশিংদা খাগেম্বা য়ুমংেপ অমসুং মিংসেন কাংলোন্দা মচা সনা-হল উহনবগী বারী থোকখি। সনামহীগী মতিক ময়াই নিংথৌনা কাওথোকপদা নিংথৌ খাগেম্বনা মোগোল অমসু মংশানচিংবা লম-শিংগা লান শোক্লবদা অরাবা নংবা, সনামহীগী থৌজাল্লা নোংচুপকী ময়াংশিংগা লান শোক্লবদা মানা মায় পাকখিবা উংলি। সনামহিনা সনাহল ওইনা লমদেংদা মাঙখিবা অমসুং মশক অহু উহনবসি বিষ্ণুনা অবতার অমসুং লীলা শাল্লবগী প্রভাব থরা তাইনলে হায়বা মত পীনরি।

নিংথৌ পামহৈবনা সনামহী কোল্লু য়েথাইবা, মচা নারকপা অমসুং সনামহীনা মমঙদা কৌহনবা অমসুং শান্তিদাসনা হায়জিন্দুনা লাইসিনা মাবু শ্রীহট্টগী মনিপুরদা ধর্ম্ম শন্দোক্লবা কৌবনি হায়বুনা নৌনা মূর্ত্তি তিংথংপা অমসুং বামনশিংবু লাইশঙদা হিন্দুগী পূজা

মওংদা সেবা চৎহনবসি সনামহী লাইকা দা মরীক চুম্না ইরি। মমাংদদি লোংজম অমস্তুং কাংউজমনা সেবা তৌরংনি।

চীংখংখোম্বা মহারাজগী হাক্তকা মৃত্তি অমুক লিংখত্লুনা সনামহীগা লৈময়েনগবু বামনশিংনা ইরাৎনহনখি। সনামহীনা ভাগবত খণ্ড শুনা মনিপুরদা পুরকই হায়বা বারী বামনশিংনা পুথোকখরে। ৗ-ভরু পণ্ডাদী গী খণ্ডশিংদা লাইসিবু ফনিন্দ্র কৌরে। সনামহী লাইহুই কৌবা পুম্না অসিদা করম তৌনা ভক্তগী ভাবতা লাইসিবু ঈরাৎপা হায়বত্ত তাকলি। সনামহীগী মমিং ময়াম তাকপা মন্ত্র, লাইবা অমস্তুং পুজাগী অইবা কয়া থোকহনখরে। মহাকপু গরুড়গী লাংওননি হায়বা খিউরি কয়া শন্দোরকখি। নিংথৌগী শক্তিগী অমস্তুং হৈশিংলবা বামন পণ্ডিতশিংনা কোক শীজিন্নত্তুনা লাইনীঙ অসি হিন্দু লাইনীঙদা চুপশিনহনখি। সিদ্ধা থীনবা, কোরমোন কৎপা অমস্তুং লাইবাদা ভক্তগী বাহৈ শীজিন্নবা মতমসিদা হৌদোকখি।

মহারাজ চৌরজিৎ হাক্তকা সনামহী লাইহুই অমুক শমথত্তুনা ইথোকপা, মৃত্তি অত্তু নৌনা শেমগৎপা অমস্তুং লাইশঙ শাগৎপা থেংনৈ। চহি তরেৎ খুত্তাকপদা অমাং অতা থোক্লুরবস্তু মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা মপুং মরৈ ফানা চাওখৎহনখি।

নিংথৌরোল অস্তুম লাকপসিদা মাইবা তত্বশিংনা সনামহী অপোইবা ঈরাৎ-থৌনি তৌবা, মী শেমজনবা অমস্তুং মাংহনবনচিংবা মখল কয়া পুথোরককখি। তাংখুল সনামহী কৌবা শক্রোন্দুদি মমিং নাম্মতা পাল্লি; মথুত্তা তা পার অমস্তুং মোংফম শংই হায়নৈ। মুমদা লাংপা সনামহী অত্তু থওইত্রবদি অপোইবা ওই; মসি কনাগুম্বা অমদা থাজনবা মাই থরৈ।

মমাংথোক্তা ওইরবা লাইখীওসিসী মশক নৈনবা তারবদি অরিবা পুম্না অমস্তুং লাইবাগী অর্থ গুণফম থোকই। বাহৈশিং অত্তু খজনা পংচৈ চৈবা চুমদে হায়নীংই। মথোইসি লাইবা-তিনবা ওইনা মাইরা

খরগী চাঙ্গা লৈরমই। লাইরিক ওইনস্তু ইচাই চাইহনা লৈনরমই। মতমসি ফাওবদা লাইনীঙসিগী লাইরিক কয়া লৈরবস্তু কনানা ইরম্বা অইবা মমিং থদে। নিংথৌ অহুগী য়াথংনা চাওথোকহনলম্মী হায়রবদি পারগা খঙই। লাইরিক খরদি চেফোঙ কয়াদা ছাপা তৌহনা ফোঙ-নরক্লে। ফজনা সম্পাদন তৌথোকপা অমস্তুং মায়দ্রিবা খুৎই পুরা কয়া চাংদম্নরবাদি ভুংগী অফবা ওইগনি থল্লি।

অপোকপা ফুরুপ অমস্তুং মীতৈ মরূপকী মীওইশিংনা মফম কয়াদগী লাইনীঙসি শন্দোকপা লাইরিক কয়া ইচং থৌনা হনবা লৈতনা পু-থোরকপা চহি ৩০ মুকসিদা এৈনা উজে। নাওরিয়া অহন, টি. বকুল, থোকাচাম্বা থোইনা পুথোক্লম্বা লাইরিক খরা খুৎনম কয়া ওনরে। মীতৈ মরূপকী সংস্থান কয়ানা মফম কয়াদগী চেফোঙ কয়াস্তু পুথোক্লুনা লায়নীঙ অসি প্রজাদা খঙহনলি। লায়নীঙসি শোগৎপা লৈরাকী মশক নাইবা অঙাং অমস্তুং অখণ্ড-অহৈ কয়াস্তু চোংথোরক্লি।

২। মতাং অসিদা সনামহিগী শকওং ফংলিবমথৌ নৈনসি। মরু ওইনা শকওং ৩ থোক্লা পুথোকপা য়াই। (ক) য়ুমলাই ওইনা লাং-নবা, (খ) শাগৈ লাই ওইনা লাৎনবা অমস্তুং (গ) লৈবাকী মপু নিংথৌ লাই ওইনা খুভম শেমহনা লাংনরকপা।

(ক) য়ুমলাই ওইনা য়ুমথোং খুদিংদা খুভম য়াহনা ইমা লৈমরেন শিদবীগা লাৎমিন্নবা মৈতৈ ঈনাংকী হন্দোকপা য়াররোইদবা মশক্লি। য়ুমগী অহল লমনশিংনা য়াহৌরকপদা লাইনিংথৌ খুরম্মী, য়াচংবদস্তু ধূপ থাউমৈ কত্নুনা খুরম্মী। থবক চংলমদাই অমস্তুং থাজাক্লুনা লংকৈ চৎপদস্তু ঙাকপি শেনবিনবা সনামহি অমস্তুং লৈমরেন খুরুমজবা তৌদবা য়াদ্রবনি। য়ুমলাই ওইনা থৌনিবদা মহাকসি প্রজাগী লাই ওইনা লৈবনা পাথংবা লায়নীঙগা ওন্ন-ট্রেনা থমই। পাথংবগী মফমদা সনামহি পুশমদে। সনামহি অমস্তুং পাথংবগী বারীদা নত্তনা মচিন মনাউ অহুম অমস্তুং নিংঙোল অনীগী য়ারীস্তু পুরম্বা থোংরে।

অনীশুবা মচা সনামহিনা লমদৈ ওন্দুনা য়ুফম থোনবা, য়ুম শাবা অমসুং গুরুদা কৎখিবদগী য়ুমগী মপু হাপ্লীখি। মপোক অমদা সনামহি নোংমাইতেংনা নোংমাই নিংথৌ কাইনৌ চীংশোম্বগী ময়োমলোই নঙমই লৈমাবু লুহোংখিবা থেংনৈ। মহাকপুসু লৈমরেন মিংথোম্নে। সনামহি অমসুং পাখংবা অনীমক লাংওন ৩৬১ লক তৌই হায়না থাজদনৈ।

লমদাগী থাংজদা ঙমু উশিন তৌবা, অনৌ অপেন কন্নুনা খুরুমজবা অমসুং চৈরাউবা হুমিত্তা য়ুমলাই খুরুমজবা মৈতৈগী ওঙাই কত্রবা সংস্কৃতিনি।

অথয়বা হুমিৎ অসি নত্তবা মতমদসু নারক য়েক্লকপা মতমদা খুরুম্বা চৎনৈ। অথঙবা মাইবা নত্রগা মাইবী কৌহুনা পোৎলম চংবা খুরুমনৈ। লোইলম অমসুং পুরুমনচিংবা কাঙবুনা য়ুমলাই ওইনা ঈরাৎপদা ওক, য়েন অমসুং য়ু য়াওই। মৈতৈনা গৌর ধর্ম্ম চৎঙৈদগী মসি থাদোক্কুনা মনা-মশিং অমসুং ঙাতনা ঈরাৎ থৌনি তৌনৈ।

(খ) শাগৈ লাই ওইনা সনামহি খুরুম্বা—য়ুমথোং খুদিং লাংনবদা নত্তনা শাগৈ খুদিংগী লাই ওইনা লাইনিংথৌ সনামহি খুরুম্নে। শাগৈ নত্রগা য়ুম্নাক মাম্নবা ফু তিন্নবা খরনা পিবা অমা হাপ্পুনা সনামহি ঈরাৎহনলি। পিবাগী য়ুমদা খুভম থমই। কাংথক শেম্নগা চফুদা ঈশিং হাপই অহুগা বানা শাবা থুম্মোক্লা কুপই। লাই নত্রগা খুভম অহু চফুসিনা কোঙদোকই। শাগৈ জাৎ অফবা অমসুং লুহোংহুনা লৌবা নুপী নত্রবদি পিবাগী মো ওইবা য়াদে। লাই সেবা চৎবদা মাগী খুৎ শাগৈ পুম্বনা চাগদবনি। ঈ শেংদবনা পিবা ওইবা চৎনরক্তে। চহি অমদা চাকলোন কৎপা নত্রগা তন কৎপসি মৈতৈগী তৌদবা য়াত্রবা লায়নীঙ লম্বীনি। সনামহিদা তন কৎপসি লাংবচক্কী মতমদা হুম্নবা হুম্নবী অনীনা তন কন্নুনা ঈরাৎচবম্বগী মচা মশু কংজখি। মথোইনা লাংখিরা য়োইরাং ফক্তেম অরিবা কৌহুনা ঈরাৎনরক্লি।

লাই অসি সনামহিগী লাংওননি; মশক চপ মাম্নে।

শ.গৈগী পিবানা মাগী মশক অহু পয়সামরুম চাওবা অকোইবা অহু ফিনা য়োম্লগা লুখাক্তা হাপ্তনা থমই। চহিশুবা সুমিত্তা থুরুম্মে। মানা থম্লিবা মূর্ত্তিহু যুমলাই সনামহিগা তিন্নদে তোংশিন্নরবদি সনামহি ভাওগনি হায়হুনা চেকশিন্নে। মমাংঙৈগী মৈতৈশিংনা শাগে, শলাই অমসুং কাণ্ডবু চাওখৎমিন্নবা অমসুং পুন্সি মুংশাংনা পানবসি মুডাইবা পুন্সি মরেল্লনি থম্মরম্মী।

(গ) নিংথৌ লাই অমসুং উমংলাই ওইনা সনামহি খুরুম্নবা—সনামহিবু লৈবাক্কী লাই ওইনা লাৎনরম্বা মথক্তা পঞ্জরে। লাই অসি চৈথারোল কুম্বাবদা লাই থাহেবা হায়না অহানবদা থেংনৈ। পামহৈবগী মতমদা সনামহি তায়না ইহান ছাম্না ইরি। নিংথেম খা-গেম্বগী মচানিপা সনাহলনা মৈত্রবাক্তা মাংখিবা, খাগী মাইবীগা তান্নরগা লুংশেন্দা মশক উহনলম্বা অমসুং নিংথৌনা খুডম য়াহুনা থাক্লোইদা লাৎখি। লাই অসি উমং লাই ওইনা হরাওহুনা খুরুম্নবগী ভাব উহনখ্রে। পামহৈবা নিংথৌদগী মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতম ফাওবদা সনামহি লাৎপগী হোংদোক গোংজিন কয়া থোকহনখি। লাই অসি মতিক মগুন লৈবা থামনশিংবু সেবা চহন্দুনা হিন্দু লায়নীঙ লাই-শোন্দা লাৎহনখি। শান্তিদাস মহন্তমক্তা মাগী মতিক ময়াই থগুহুনা বিষ্ণুমক্তি হারখি। সনামহিগী মূর্ত্তি অহেবদা সনা মৈহনখি নিংথৌরেল ভাগ্যচন্দ্র অমসুং চৌরজিৎনসিংবদগী থগুই। হৌজিক ফংলিবা ফুরা অসি মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদ শাখিবা (ইং ১৮৮৩ দা থাকচিংগী ২১নি পানবা ইবাই) ওইগনি। খৃ: ১৮২২ ইঙেল ১২ দা সনামহিগী লাইশঙদা সনামহি লাইহুই ভাবদা নিংথৌ মশামক য়াউখি। খৃঃ ১৮৬৯ ইঙেল ২১নি পানবদা নিংথৌনা পুন্সি মুংশাংনবা পূজা তৌখি। নাউজিংলেন চৌংলেন নোংজ্রেন খোম্বা কৌবা মিংথোল লৌখি। নিং-থৌনা গোবিন্দজী, নোংশাবা, পাখংবা অমসুং সনামহিদা মুমিং ৫নি

চুপ্পা থৌনিজখি। অঙম অথৌ অমস্তুং মাইবা ম:ইবীনচিংবদা মতিক চাবা মনা-মথুম য়েম্মোকখি। ২৫নি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিত্তা সনামহি, নোংশাবা, পাখংবা অমস্তুং য়ুমজাও লাইরেম্মাদা সনাগী কিয়াং লিকাং ২ কৎখি। খৃঃ ১৮৯১ দা কুলচন্দ্রনা পানবা মতমদস্তু সনামহিগী ফুরা হোংই হায়না চৈথারোলদা পনলি।

ইংরেজী সাহেবনা মনিপুর জয় তৌরবদা নহা ওইরিবা চুরাচান্দবু নিংথৌ হাপখি। মহাক্কা মহে-মশিং তম্লিনৈদা শাসনগী থবক অয়াম্বা Political Agent-না পায়শিনলি। মহারাজবু পোকপী মমাইবেম্মনা ব্রসাহেবত্তা হায়জবদগী মৈতৈ লৈবাক্তা লাৎনবা অচৌবা লাই খরদি খাজনা য়াউদনা লাইরো হায়না থমহনখি। লাইগী মমিংদা পানবদা মসিদগী লাকপা কৌ অহ্‌ সেত্তা তৌবা মীওইনা ফংখি। সনামহিগীস্তু খাজনা থিদনা লৌ পরি ৫ থক থম্বা য়াহনখি। খৃঃ ১৯৪১ মেরা ১৮নি পানবা য়ুমশকৈশদা কোন্নুংদগী লাই সনামহিগী মূর্ত্তি অহ্‌ কৈ-শামথোংদা লৈবা বামন স্বরূপ শর্ম্মা লাইশংদা থমহনা বামনবু সেবা তৌনহনখি। অনিশুবা লাঙ্গাউ মস্তুংদা লাই পুহনা লানচেনবা অমস্তুং সেবাগী অবা অনা বামনসিনা থেংনরকপা কয়া এৗঙোন্দা বারী তে-খি। খৃঃ ১৯৭৫ অমস্তুং ১৯৭৬ কী মেরা থাগী চাউরেল হৌবদগী মৈতৈ মরূপ কাঙলুপত্তা সেবা তৌবা বামনগা লাই সেবাগী মরমদা মুরুখি অমস্তুং কেশ চখনখি। ১৯৭৬ কী ঘটনাদা নোংমৈ কাপ্পদগী মী ২ শিখি। লাই অসি বামন্দগী লৌথৎলগা মনিপুর রাইফলগী কম্পাউন্দা লৈবা হান্নগী লাইশঙদা থমখি। Temple Board অমা শেমহনা লৈবাকী চৎনবী ওাকবা হোৎনরি। মীতৈ মরূপকী মাইকৈদগী আইন অসি মনাং তম্বা ওইনা থমবা দাবী তৌরি। হিন্দু লায়নীঙগা য়েৎ-শিনবা মতম থরা চৎনরুবা ঈরাৎ-থৌনিগী নিয়ম অহ্‌ শেমদোকপা পাম্লরি। বোর্ডনা শেমহনা লাই অসি হরাউবা থৌরম পাংথোকলে।

নীংশিংবা মাবা হান্নবু সনামহিবু লৈবাকী লাই ওইনা মৈতৈ

নিংথৌনা খুরুমজরকপদগী নিংথৌ মচা অমতবু খুরুমহনলমদে। নিংথৌমচানা লোম্না সনামহি খুরুমগ্রবদি সিংহাসন ফংনবগী হোৎনবনি নীংনরম্মী। নিংথৌ লাই সনামহিবু সেবা তৌহনলিবা বামন অত্তবু সনামহি সংলাকপা হায়বা মিংথোন পীরম্মী। সনামহি চেং হোংবা কৌবা কুম্মৈ অসি সরকারনা য়ারগা ছুটি লাউথোক্লবা কুম্মৈ অমনি। লাংবন পূর্নিমা অমসুং ইঙাগী পূর্নিমাদা নিংথৌনা কোন্নুংগী লনগৈদগী চেঙ মন খরগা চংগদবা খরচকা পীরুনা চেঙহোংবা পাংথোকই। শাঙা কত্তে। তুলসি অমসুং নিরামিসনা পাংথোক্লম্মী। নিংথৌজা শলাইনা ইঙাগী ১৫নি পানবদা পাথংবা খুরুম্বা মুমিত্রা সনামহিবুদু মাগী মাগী য়ুমদা নত্রগা মীয়াম তিন্নদুনা চান থরুরা অমসুং ফিরোল কত্তুনা চেংহোংবা য়াই হায়বসু থেংনৈ।

## বারোই তাবা

মহৌশাদগী লাই অসি মীপুম খুদিংগা লোয়নরকপা সাধারন প্রজাগী ওইনা তৌরকই। হৌজিক গনতন্ত্রগী মতমদদি মীয়ামগী খুত্তা শক্তি লৈবা যুগনি। লৈবাক ঙাকপা অমসুং মতম পুম্বা শক্তি পায়দুনা শাসন তৌবা লৈবক্তে। তুংগী খন্থরবদি সনামহি লায়নীঙ অসি য়াম্না চাওখ লকপা য়ারি। গনতন্ত্রগী যুগতা প্রজাগী ওইবা লায়নীঙ মাঙহনলোই হায়বা থৌনা ফনা হায়বা ঙমই। প্রজানা লাইসিরু য়াম্না হেন্না পুখৎলরুবা লাই নীংজরি।

## "মৈশেমলোন"
## (থৌনিরোল)

অইবা—মোইরাংথেম ইবোতোম্বী সিংহ
(ভোল্যুম ৯/১০ গী মখা)

মপুনা মচাগী মতিক থাদনা শৈশকখিয়ে। ইপানা কোল্লোই থোল্লগে সম্থোং কাজাও য়াবা, স্না খাইজেং অহানবা, অৱা লমজ্রা য়োইরেনবা, কোনফু নিংথম নানৌবা চাহুই লেংথাং কোন হেনবা, মেনথোম য়াইখোম লোইবা, মফিরেলও সিদবা মপুনা থোল্লে। মতুং সিদা লাইয়িংথৌ স্নামহিনা মপুবু পুনেমখি হায়জখিয়ে। হে লাই-য়িংথৌ তাইবং মপু থৌজানবিয়ো। নদাইরেস্ন লনকুবিয়ো লাইয়িংথৌ মপোক মপোক খুদিংদা ননাই ওইনা পোকচগে। লৌশিনবিয়ো লাই-য়িংথৌ। নথুৎনা থাবা লৈরাংবে থেৎফম চান। থেৎপিয়ো, চিনফম চানা চিনবিয়ো। হায়না পুনেমখি।

অম্মুম্না পাখংবনা ফম্বাল কায়বদা লাইয়াম্না ফম্বাল ঈশৈ শক্লে। য়োইবী শিংজা খোম্বীস্ন শৈশকখিয়ে। পারি ইবুংঙো তারো! নপল বাহোমগে। নোংপোক থাগী মপা কোয়ো নোংমদোনহনববু পুরুমসে। য়োইবু শিংজা কোনখিন য়াই থুৎয়াই চাথা অতুবু পুরুমগে। পলেম শিংগী য়াইমরু য়াইবী তাংগী পিমাবা থুয়াদা থম্বাল লৈবু পুরুমসে। হয়ি থৌজাল ময়েকপু থমোই লাইয়ুম চেৎনা পুরুমসে।

ঈশৈ :—তুবী পাফল মুংদগী লাইরেল তাওরোইনাইহুবু থো-ক্লক্লে। চিরেল লাংয়েন তরেৎনি মৈয়া তন্দন ঙানবগুম ঙাল্লক্লে। স্না থমচেৎ লৌমিৎ লাংববু কনানো, উনবী চাফম মুংদগী লাইরেল তাওরোইনাইহুনি। তাওরোইনাইহুনা চাফম স্না থম্বাল শাৎপা নিং-খিরে। স্না থম্বাল মখোংদা লাংবুম তরেৎনা থোগল্লি। মালেম লৈপাক

লৈমনা খুৎপু থুম্না য়াবিরে। থম্বাল লৈয়োম মুংদগী নিংথৌ সিদবা অহুবু য়েংঙ্‌রে। নিংথৌ সম্না চোংলেন খানবদি উনবী শলাই তরেৎ-মকপু চুনবনি। মুংঙোল মুংখং য়াইহুদি কোরৌ নোংমদোন থক্তগী থারক্লে। মালেম লৈপাক লৈমনা খুৎপু থুম্না য়াবিরে। লৈমুং য়া-বিরেক্তগী চখা নোংলেন য়াঐবু তানফংলে। মিহিং কংলৈ পুংময়োন্দগী তুবি শারোল অহুম হৌরক্লে। য়ে ইমা ঙমদম হৌবী মালেম লৈপাক লৈমবু পুরুমলে। লৈপাক লৈমা মথৌজান কোরৌ সোয়ারেল লাই-রৈপাক্তুম মুংঙাইসে।

পুরুম চীংগী হিদেন্দা লাইজা ঈয়াইমদা ঙানবা কনানো। অতিয়া খোংহৌ হানবী লাংওন অহুনে হংগনো। তুবি সম্না য়োইকোম্মুং চংনদি য়োইনরে। নিংথৌ সেনবা মহিথেন আরোং শংলাংমৈতুদা কারক্লে। লাংগোই শগোল ক্কারে। করি তেংথা শৈহুদি অসিনে। কোরৌ য়াথং অরেপ্পা থম্মোই উপাল ওইবা অসিনি। থেনলোন অহুম্মক্তগী তুবি ৎভম শৈহুদি অসিনে। খোইয়ুম নোংদম মথৌনা বাক্তয়ে হিবু ওইদনা লাপ্পা লমদাং ওইবদি অসিনে। ঈরিক কোঙোলমুংদগী অহুম্নগী চাক্ষম ওইবদি অসিনে।

তাওরোইনাইগী বাংঙম শুমাংদা শিংগ্রেংনা মপাল শারেদা। শিংগ্রেং চাম্নু লৈনিদা; থংলেন নাক্তা য়েংঙ্‌সে। মুমিৎ য়াইবী শিং-ওইনৈ। নমু লাংওন অহুম্মকপু শক্কে। থবী হুমলেন মুংদগী শংনা পানবা য়েনদি করিনো? মুমিৎ য়াইবী শিংওন্‌লৈ মীবু ওইনা পোক্লবা অসিনে। মোমনু থাঙা মায়োননা মুমিৎ শিংসু লৈনে হংগনো। লিক্লাই পরেং লিশকলে। শংদাই ৬১ তাকপিরে। নমু পোং ওইবনা থৌবাই য়াইবী মাংবদি অসিনে। মৈনা বাইনা ভাংনা শন্না লাইয়াম পুম্নমক্তা তারা লুতংলে। য়োইবু শিংজা খোম্বীমু শৈশকখ্রিয়ে লৈ-কোইরা লুবাং-ও। মঙাং লাইনিংশিংবনা লুবাং লৈকোইবদা লিখিববু শৈশকনখিয়ে। হায়ি হায়া হায়ুম।

হে মঙাং লাইনিংবা পন্থোও! ননোংয়াই ঐবু হুংঙনবি-ও। মালেম তেংপানবা মপুনা শেম্বা অসিবু লাই করম শেম্বা? মী করম্না শেম্বনো? মী করম্না শিবনো? কনা লাইনা করম নিংবনো? শিংথম্লগা কনা লাইনা য়াংগোইবদগী তাইবং তম্বনো হায়না বাকৎলবদা, পারি লুবাঃ লৈকোইবা পাইমা খোইজংলো, নপল বাহোমগে।

মালেম তেংপানবা অসিদি হয়ি লাই মরু শিদবনা কোংগাই কোংগাই পুথোক্লে। কোংগাই অমনা মহাক ওইরে। কোংগাই অমনা তম্বা ওইরে। মথুম কোয় অমনা তম্বা ওইরে। মহাক কোংগাই অমনা শমলাং তবৈন্থ মোমন্থ ওই। মমিংদি হয়ি হয়া কৌই। তাই-বংপানগী পলেম পন্থো কৌই। অনিনা লাংবুম ওইরবদা মপারি অহুম শাংলে। অমনা 'স' অমনা 'র' অমনা 'হ' কৌই। অনিনা অ্যক লাংবুম ওইরে। মোমন্থ অহুম শাংলে। কোল্লোইদি—লৈমারেল, লাইখুরেম্বী, নোংথাংলৈমা কৌরে। মপুনা ইপারী ইমোম নখোইগী খোইয়ুম শাইয়োল (শাললোল) পুথোকও হায়না হায়বদা মাগী মাগী শাললোল পুথোরক্লে। 'স' না নোংশাবা ওইরে। 'র' না অশিবা ওইরে। 'হ' না কোঙ্গিল তুথোকপা ওইরে। মথং মথং—

---

## পুন্সিরোল
### অরেংবগী খোজৈদগী

হৌজিক্কী মতমগী মীরোলশিং অসিগী পুন্সি য়াম্না তল্লে। মসি য়াইপ, চাকচা, ফক্ষম লানখনা পুন্সি তেনবনি হায়বদা হায়মনবা খোক্লোই। চাওখৎলবা বৈজ্ঞানিক যুগ ওইবনা, যুগ অসিদা পোক্লবনা হৌজিক্কী মীরোল অসি য়াম্না তল্লে। হকচাংগী করিগুম্বা বাখল অমত্তা তৌদনা লকজরীরোমদা লুপখ্রে। মহুনা মরম ওইরহুনা অমুক্কা হেন্না পুন্সি তেলহননবা মচাক অমন্থ ওইরি।

য়ুম অমা পাল্লবদা মপা, মমা ওটরিবা, ওইরিবী মখোয়না তৌ-গদবদি হকচাং কনা থম্বা হায়বসিনি। "মী অহুনা মপুন্সিদা অনা-অয়েক য়াওদনা, তিনচেল লাইচেন্দনা থবক ওবা নোম্বা ওম্বা অদুবু মশা কবা কৌবা য়াই।" অখণ্ড-অহৈশিংনা হায়রি :— করিগুম্বা জীব নত্রগা উ রানচিংবনা শারেপ কানা চাওবদা চংলিবা মতম অহুগী শরুক মঙানা মাগী মপুন্সি ওইগনি ( হিংগনি )।

নিয়ম অসিগী মতুংইন্না মী অমনা চাওবদা চহি ২১ চংই হায়না লৌবা তারবদি মী অমগী পুন্সি অসি চহি ১০৫ নি। অহল-লমন-শিংগী মচিন্দগীসু, মী অমগী পুন্সি অসি চহি ১০৫নি হায়রবসু ঐখোয়না তাজহৌই। অহুগা শুক্ল যজুর্বেদনা মীওইবগী পুন্সি অসি চাওরাক্না চহি ১০০নি হায়রি। অহুগা অকনবা যোগ সাধননচিংবা তৌহুনা, মসিদগী হেন্না পুন্সিনবা হোৎনবসু য়াই হায়রি। চহি কয়াগী মমাংদগী থিজিন হুমজিন্দুনা অমদি চাংয়েং তৌরবগী মতুংদা থোইদোক্না মমিং চৎলবা, ডাক্টর গার্ডনর অমসুং অতৈ ডাক্টরশিং অমদি বৈজ্ঞানিকশিংনা লাওথোকখ্রে ; মহুদি :— চহি খরগী মতুংদদি মীওইবগী পুন্সিগী মরমদা নৈনরিম্না, রাকম অসি-কল তাবা ঙমগনি। অহুগা মী অমনা য়ামদ্রবদা চহি ১৭০দি শোয়দনা পুন্সিবা ঙমগনি হায়রি। মখোয়না হায়খ্রে মহুদি—পুন্সিবা হায়বা রাকম অসি মপা মপু ( থার-নালা ) শীসু মতুং ইল্লি। ইমুং অহুগী মপা মপুশিং অহুনা ত্রেলহৌরকপী পুন্সি সুংশাংহুনা লাক্লবা অহুগুম্বা ইমুং-মহুং অহুগী মচা-মগুশিং, অহু পুন্সি সুংশাংই। অহুবু মপা মপু অহুনা পুন্সিরগা মচা মগুশিং অহুসু শোয়-দনা, পুন্সি সুংশাংগনি হায়বা অকক্লবা রাকমদি লৈতে হায়রি। মী মী অহুগী য়ুমলৈ-কৈরৈ, লিচৎ-শণজৎ, চাকচা কক্ষপী মতুং ইল্লি। মরম অহুনা, মী থুদিংমক অসিগী মরাইবক লেপকখোরিবা রাকম অসিদি মা মাগী মখুত্তা লৈরে।

লম কোয়বা পুন্সিরোলনি :—ভেনিসকী "ক্রন্সিকো মেকার্ণী

হোং" চহি ২১৭ পুন্সিখি। মুপা অসিনা য়াম্না পুন্সিখিবগী মরমদি অয়ুক অঙনবদা কোয়বনি। মামা মুমিং খুদিংগী অয়ুক অমদি মু-ম্মিদাংবাইদা মাইল ৮ কোয়রম্মী। মামা শিংদবা মুমিং অহুম্মু মাইল ৮ কোয়খি।

অনিশুবা মুপা অমনা "লুই ক্রেমর" হায়বসিনি। মহাক চহি ১৩০ পুন্সিখি। মহাক্সু অয়ুক্তা কোয়বা হায়বসি পুন্সি মুংশাংনবগী পান্মৈনি হায়খি।

অহুমশুবাঃ—মুপা অসি চহি ১২৬ পুন্সিখি। মহাক ঈরানীনি। মহাক্সু কোয়বনা পুন্সি মুংশাংই হায়রম্মী। পুন্সিরবা মীওইশিং অসিগী হকথেংনরবা জ্বান্দগী ঐখোয়না খংবা ঙমলে, মতুদি পুন্সি মুংশাংনা লৈনবগীদমক্তা অশেংবা মুংশিং, চুম্না পুন্সি লেনবা, অতুপা মহৌ-শাগা মরী লৈনবা চিঞ্জাক চাবা, পুক্নিং চাং অমদা থম্বা, পুন্সিদা থবক চিলহনবা অমসুং নোম্বা কনবা, মহৌশাগা চাননা হিংবা অসিনি। মীওইবগী লাইথুং লায়না লাক্লিবগী মরমদি চিল বারকপা ঙমদবননি অসিনা, মীওইবগী পুন্সি তেলহল্লি।

চাক রাস্তক চাবা পূন্সিরোল্নি ঃ—ঈরানগী বাদশাহ বহমন্না হকীম অমদা হংলম্মী। নোংমগী মতুংদা মী অমনা কয়া য়াম্না চা-গনি। তোলা ৩৯ চাগনি হায়খি। মতুনা হিংবা য়াব্রা ? হকীম্না হিংনবগীদমক্তা কা হেম্না চাগদবা নত্তে হায়খি। আয়ুর্বেদদা বাগভট্টগী মত মতুংইম্না পুক্কী শরুক মরীগী তথ্থাই অমা চাগনি। তথ্থাই অমগী মশুং অমনা ঈশিং, শরুক অমনা হাংনা থমগনি হায়খি। চহি ৫০গী মথক্তা লৈরবা মীওইনা চখোম ১দা ৩২ রক শ্রয়তুনা চাগনি। মসিনা থুনা তুম্পা ঙমই। হকচাং ফবা হেল্লি। ঈশিং য়াম্না থকনি হায়রি। মসিনা হকচাংদা য়াম্না কান্নবা পী।




লোম্বাইরবা।

## অইবগী ফোঙন্নবা লাইরিকশিং ঃ—

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১। | খিন্নম শৈরেং | মমল | লুপা | ৫'০০ |
| ২। | লোয়রম্বা শিনন্নেন | ,, | ,, | ৫'০০ |
| ৩। | মনিপুরী কলাকার ১বা | ,, | ,, | ১০'০০ |
| ৪। | মনিপুরী কলাকার ২বা | ,, | ,, | ১০'০০ |
| ৫। | মনিপুরী কলাকার ৩বা | ,, | ,, | ১০'০০ |
| ৬। | শরুাইবশিংগী পুন্সি বারী ৪বা | ,, | ,, | ১০'০০ |
| ৭। | ,, ,, ৫বা | ,, | ,, | ১০'০০ |
| ৮। | অরোঙনন্দকুমার লাইবু নিঙবা | ,, | ,, | ১০'০০ |
| ৯। | লাই হরাউবা লাইশোল | ,, | ,, | ৭'০০ |
| ১০। | ঈরাৎ লাইশোল ২বা | ,, | ,, | ৭'০০ |
| ১১। | ফিদম বারেং ১বা | ,, | ,, | ১০'০০ |
| ১২। | ফিদম বারেং ২বা | ,, | ,, | ১০'০০ |
| ১৩। | উমংলাই খুন্দা ভোস্যুম ১-২৩-২৪ | ,, | ,, | ৪'০০ |

### থুনা ফোঙলগদবশিং ঃ—

১৪। জ্যোতিষ প্রদীপ
১৫। পুন্সি লমজিং লাইরিক
১৬। একাঙ্কী সাহিত্য
১৭। মোইরাং কংলেরোন লম্বুবা
১৮। ধর্মগী মচি
১৯। ফুংলোন থম্বাল
২০। মৈতৈ পাওরো
২১। শকোক লমলেন
২২। মৈহৌরোন শকোক

### লাইরিক কংকম ঃ—

১। অইবগী য়ুম—নাওরেমথোং লাইশ্রম লৈকাই
২। মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ—পাওনা বাজার, ইম্ফাল
৩। কে, রাই, বুক এজেন্সী—পাওনা বাজার, ,,
৪। ও. কে. ষ্টোর—পাওনা বাজার, ,,

লুকমানি প্রেস, উরিপোক ইম্ফালদা কমিটিগী মহৎ শিন্দুনা সম্পাদকনা ছাপা নাম্না ফোঙলোকপনি। কমি মমীড—৫'০০